Regd. No. RN 34203/79 New Delhi

Kangleikhol No. 83




10TH YEAR OF PUBLICATION JUNE/JULY 1988 /INGA 3385

ননাবহী লাইনীং, পুনিবোন, খোঙ্গা কাংলোন, পুখিরোল হলা, ইনাং,

লোইন সিংলনগী অমঙ চাইব সনাই পুশিকমশীখাগী চেংকাং

- কংলৈখোল চহি ১০ চংজক্লে
- কৌত্র লাইফমগী খোঙচং
- লায়থুং কোকপ লাইফমসিং
- এলোপেথি দাক্তরসিং করম্ন পোকখি
- মুপীগ চান্নব লায়যেং মখলসিং
- কংলৈপাক্ত হিদাকমনা সিজিন্নরকপ মুংসিন্নব কাংলোনসিং করম্ন হিংহন্নব হোৎনরকপগে ?
- জে. এন, মনিপুর দান্স একাদেমিগী "বভ্রুবাহন"

* সনালৈ পানা সিন্দমসং ( সিন্নম পরেং সেম্বদ মীয়ামগী পাউত্তাক)

* মাইবগী হিদাক-খাউ (অপেংম্ন)

* সিদ-হিদাক ( চুংতো মহী )

* হৌযেনজেলগী অঙকপ চিন-জাক কাংলোন

ক্রা ঈমাঈমা ও
ঐখোয়মু লাকে ঈমা ও।
নোং চুই লাকপু
ম্রেম্পাক তুপু ন মলাকে।
নঙ্গী-নাট্টি লাকপু
চৈপু পুহুন মলাকে।
ঐখোয়দন হয়েং চাউরগ
চাউয় মাংলোন কারণ
সজেন খোংগী খোংয়াইদ
সমু তোংদুন লাকপদ
ঈমা নংবু কাউজরোই।
হা ঈমা ঈমা ও।

# কংলৈখোল

## মপোক থাগী অথম্নব জুন-জুলাইগী চেফোং

ঈপাম মৈংহৌয়ে লাংচিং মৈচাক্রে ইংখিংথৌ চৈংজনরা খাঙী মৈকক্রো॥

লমাই ২৯৩০ গী মথা
লাইপোকসিংগী মোংকম য়াওরি। মখোয়সিংছুদি অসেংব মকম চিংই সাইওন তৌরব লাইসিংগী থুপখিব মকম ওইরগন লাইকম চিংই খুদম ওইন সনাইলেল সিদবগী মিরেল থুপথিবগী মকম "সনাইলেল মিরেল-পুন্ড" অসি লাইকমনি। নিংথৌগী থুপকন্থ্রন খুদম ওইন মক ওইব মকমচিংই। (মতাং অসিদ উজান ঐথোয়দ অরিব কংলাগী পাকল, লাইকম ময়াম য়েক্তুন তাকপ অন্থ্ পুথোক্তুন উৎপিখি।

চুংথামচা থুমনলেম্ন—পাবুং মায়চৌ অসিগী য়াথলদ কংলা সা অসি মচী ২ পানগদবনি, মচী ১ তা পানগদবনি হায়ন্থ্রন য়েংনথিবন্থ্রগী মতাংদ করি কোংদোকপিরম্বগে? কংলা সাগী মচীগী ময়মদ লৈথিব পাবুং মায়চৌগী ফিরেপ অন্থ্ অমুক্তং তাজনিংই।

পাউথুম—ঈয়াম মায়চৌগী ফিরেপ্তি কংলাসা অসি মচী ২ পানগদবনি হায়বসিনি। লাইনিংথৌ অম'দ ঈপুধৌগী সক্তম চীয়েল হুক্ত্রন সাকোংব মতমদ " চীয়েল নামন লুপাগী লোংথুম হুকপ চীয়েল নামন সনাগী লোংথুম হুকপ" হায়ন্থ্রন সিংথারি। চীয়েল নামন সনা হুক্লগ নামনা লুপা হুকপ হায়বদি চীয়েল ২ পানি হায়বনি সনা কোন্থুংন থোমজিন্দুন থম্বীরম পাকলসিংদম্ব মচী ২ পানব ঙাক্তনি অন্থ্রন ঈয়াম মায়চৌ অসিন কংলা সাগী মচী ২ লৈজবব্ ১ তং পান গদবনি হায়নব য়াওরিবসি সুকয়া য়ানিংথিদে। কংলাসাগী অরি সক্তম্ব য়েকথোক্ত্রন সনা কোন্থুংন থম্নকথিব লাত্তমসিংদম্ব কংলা সাগী মচী ২ পানবগী খুদম পনম্বন মচী ২ পানবদ ফিরেপ পিবিরম্বী।

— মথা মথং তেকোংদ কংবিগনি

# KHORIROI SANGLUP

## ( Editorial Board )


**ngba ( Editor)**

N. Kangjia

**ang Khorilangbas ( Asst Editors )**

Y Thorbi Leima B A , (A) Ratna, P.L. P.T. 5th (Ins P.L.)

P Ngangomba Ningthem P L P.T. 5th (Ins. P.L ,)

Kh Ngamba M A Phil , P.L. P.T. 5th, (Ins. P.T.)

**lu H ngi Amasung Yok-u-Lup**
**Ask And Preserve-Team )**

K Chaoba P L 5th P T 5th ( Instructor, P Hula )
Ch Khu anleiba B.A Hons , P T. 5th (Ins P H,)
Kh Leisemba P L 5th, P T 5th ( Instructor, P Hula )
K Iboyaima B A B T , P L 5th, P T. 5th

**l k Lup ( Circulation Cell )**
A Tomcha P L 5th P T. 5th,
K Thoib P-L. 5th, P T 5th ( Pe a Loisang )
K Sanu P T, 5th
Th Khoiru Khunthouleima B.A.
H Nanglemba Luwang
M Chingulemba Moirang

**ghal Lup ( Advertisement Cell )**

E Khomjaoba M Sc |D F Sc. ( Bombay ) P.T. 5th
N Khaba B Sc, p L 5th, P T 5th (Instructor, P. Thouna )

**l Lup ( Legal Cell )**

P Tomcha Advocate, B Sc, L L., B P T. 5th

**ksillu Hinghalu Lup ( Ladies Cell )**

Th Nganthoibi B A , P L 5th P. T 5th (Instroctor P Hula )
Y. Kangleima P.L. 5th, P T, 5th ( Instructor, P Hula )
M Nongleima P L 5th, P T. 5th ( Instructor, P. Hula )
Ch. Chaningkhombi ( A ) M.A , P.T. 5th ( Ins. P.T. )

**KANGLEIKHOL**

**Office of the Kangleikhol**

**(Regd. No. RN 34203/79 New Delhi) Sagolband Tera Khuraijam Leikai Imphal Pin : 795001. The largest circulated Journal of its kind in the North East Region of India.**

## কংলৈখোল চহি ১০ চংলক্লে

(১)

## কংলৈখোল পোকপ

**যাম্ন লাইরজব, মনিপুর স্তেট কলা একাদেমিন অতৈ লিংথিজন ফোংদব চে ফাংসিংদদি সেল যাম্ন চাউন চাউন কাইথোক্তুন পিন্নগ মসি-মতুংদি সিথিনব সেলগী মতেং ইয়ৌ য়ৌহন্নিদ্রব লোয়নসংগী আহা ব মমলনী চেস্ন ঙসিফাওব ফংজরকত্রিব অদুগ চাইদ চেথোং ২,৩ দং পুথোক্লগ তোকথোকপ একাদেমিগী সেলগী মতে দি চহিদ রু: ১০ ০০০/ (লুপা লিসিংতরা) হন্ন ফংহল্লিব ওইজ হৈথক্কীদমক ঈপানাং ঈপুংশিংপু ভম্ উসিল ওইথোকহনখিবদ হালেংব চৈত্রব মরাইবক থব বৌনব রুংগী মচিদ চেফোং মসং হেন্ন থা খুদিংগী পুথোক্তুনা চহিগী চাংদ চেথোং ১২ পুথোকপগ লোয়নন ঈনাৎকী অওনবদ সরুক চাউন য়াজরক্লিব মীচং পিক্ল হিংলকখিব "কংলৈখোল" নি।**

**কংলৈখোল খ্রি ১৯৭৯ এ, দি, গী জুন থাগী চেৎ ১ দ পোকখিবনি। কংলৈপাক থৌসিনাকাম্ন চহি ৫০ বোম কেপ্নব উন্নকতুন লাক্লব কংলৈ-ঈয়েক/মীতৈ ময়েকপু অরোইব ওইন লৈপাক্কী থ ক্ত, লৈঙাক লোয়নসংগী লৈজব মপাঙ্গলগ লোইনন, লেপহৌদ্রুন মহৈসংসিংদ তঙ্গইন্নদব অকনব লাল থেংনরিবৈ লাল্লক্তুদ "কংলৈখোল" ক লৈপাক ঈবমদগী পিদুরুংদ মিতমখিবনি। খ্রি: ১৯৮৮ অসিগী জুন থাদগীদি লাইন্ন-চুদংনব মীচং লৈজদব, মুংখিব ভারক্লব কাংলোন চা-চা কথাবু খাঙেনফমদগী কনাহৌনব লালজংদ তিংফম থোক্তুন তিংলিব সেলফমফাওব অমুক্ত নিং থুংনা পুথোকচব ঙমজরকত্রিব, খুদোংথিরব থিজিনবগী খোঙচৎ কয়াগী সেল মান্নহরুব ঙমদহুন খোঙতন চন্না হেন্ন হেন্ন নুমিৎ ৭ নি চৎপ, ৫ নি চৎপ, ৪ নি চৎপ, হুম্নি চৎপ মসীং নাইদন থোকথ্রব অসোনব "কংলৈখোল" খ্রি: ১৯৮৮ অসিগী জুন থাদগীদি চহি ১০ চংলক্লে।**

(২)

## ঐখোয়গী থৌনাবু কৈদনো

ঐখোয়না পাংদ পাংদনা নোমজব থবক্কী সরুক ১০০ থোকপগী ১ থক্কং যান নোমনিংঙ্ব, তনব অমদি মীথা পোনবতনা মশিল ওইরব, তুংলমচৎকী সাংলব লম্বী পুম্নমক মচেৎ মচেৎ থুগাইদ্না বত্তা ওইবনফাওব চাহি খুদিংগী সেলগী তেংবাং লুং ভিসিং কয়ান খুডিং ওইদুনা ফংহল্লি। মতম্ তৈলেজদব কাংলৈখোলনা মতেংনা যোক্তুনা হিংহল্লিব লুপসিংগী মমাঙদা কদাইদগী থৌনা লৌরগনি। মথৌনা শিরম্বগনি, মথৌনা হম্বগনি, মুৎত্রগনি। অসুম্ব ওম্ব নৈনবসু য়াওদবা নত্তে।

অদুবু অসুক সাংব্রব ঈপাংকী চাসফম অমত্তদসু নিংহম্বদ লৈজবকত্রিব কাংলৈখোল—চহি ১০ চ লম্রব, সারেপ কারক্রব মতমসিদদি– লাইরবদি কোকপ ওমদবসু যাই থৌনা হক্লনবগী মতমদি লোইরে। সনামহী লাহনিংথৌন থৌনা পুম্নমক্কী চৌকফম্নি। যুম যুম খুদিংদ লাইনিংথৌ সনামহীগী থুম্মম অমত্ত কায়দনা লৈরি। যুম খুদিং কাংলৈখোলগী মরুপনি। ঐখোয়গী থৌনা মীয়াম্ন পিবিবনি।

(৩)

## তুংলমচৎকীদমক

লাইরমন্নুন. ঈসংগী প্রিন্টিং প্রেস অমফাওব ৈ জব ওমজদ্রুন চেফোং থেংলকপ যাওবগী, মচু তাব য়াংপগী, সেল থাদত্রুনা অনৌব খোঙজং কয়া লেপ্তুন চংশিল্লকপগী ইচং থৌব য়াংলকপ—পুম্নমক কাংলৈখোলগী অসোনবনি পুক্নিংদ ফাওজে। অদুবু থাদোকহৈত্রব ঈপানাং ঈপুনাংকী তুংলমচৎকাদমক ঐখোয় অমগ অমগ মতেং পাংনখিসি। কাংলৈখোলনা কোক তোনজরি। ঐখোয়গী খোঙজং খুদিংদ অদোমগী মমাংমল য়াওত্রবনি। ঐখোয় থক কাউজরোই।

# ঐখোযগী অখণ্ড অহৈংসিং

পুন্সিগী অহকপ কাংলোন হাযবদি বনা-স্থ তরাই তরাই থোনদে। কাংলোন থুদিংমক মপান নাইত্রব মমল লৈ। পুন্নমক পুন্সিগীনি। পুন্সিবু মমক খঙগে হায়দুনতান্দনা চনুবা পীবা অমত্তুগী মফমদ অহকপ পুন্সিগী বাংলান অমত্ত মথরায় পান্দন লাক্লোই। কাংলোন হাযবদি তত্ব চংই. উজা খনব চংই খাণ্ডব কনব চংই থাম্মায সেংব চংই। অক্তক লুত্রব খুদ লৈব কাংলোন কয়াবু ঙসিফাওব মীয়ামগী নিংব থুংহনব ঙমজর-বত্রিব "কলৈখোল" নমাতৌ করম্ন লেপ্প লৈতন ফোংদোক্তুন মা লমদিগী মীওইব ক্ক্পা পুন্নমক খঙহীব মানব থোবা ঙাজবনো? পুন্নমক ঐখোয়-গী অখণ্ড অহৈংসিং কাংলোন চৎপ বাংলান হেন্ন তহল লনলমং অসিগী মপান্দগীনি।

ঐ খাযন মমিংতং ওইন দিজেল তমা হোজবগ, মমিংত ওইন অবৎ সেল খজিব কংচবগ ঙঙজব লৈ হবং চ হরুদং বৎচবগ লুহিং খাবাল অফবদ লুব লুবব কাংলোনসং ঐখাযগী অহল লললসিনা তাবশিন্নবখি, তম্বীবখি. হৈত্রিবগাদ খুং-খাং চেংখাং লৈনভব, ফংহনবীবকদি। অসিগুম্নব ঐখোযগী চ উখাকচনিংঙাই হই অখণ্ড-অহৈংসিং অসিগী মপান্দগী পুন্সিরোন মচা, হাবান তাচাব, পুন্সিরোন হুমা (তাযেল লাংলোন), সাজেল কাংলোন চিংথৈরাল, নিংসা বাংলোন, মাইবাবান, হীদাব বাংলান, পুকন্সান, লিনমিংলোন, যাহিপ-যময়ম-চাকচা ঈশক, সনামহী লাইনিং, পূত্রি বাংলোন, চিখিরোন, অরিব পুযা, মীতৈ মহেক অমমুং লায়যং বা লোনগী তোইব নাইত্রব ললগে-সি অসি কংলৈখোলন মীবামদ লেপ্প লৈতন ফোংদোক্তুন উৎথোকচব ঙমজবনি। ঐ খাযগী হাউন যজব অখণ্ড অহৈংসিংগী মফমদ কংলৈখোলন লনল সান তানসিনজবক্লে। ঐখোয়ন অতেনব মপোক অসি লোম-ত্রিবমথেদি ঐক কাউজখিরোই।

লাইনীং লাতম

লাইনীং লৈনসং
মলাই পুস্তিকম



## কৌবরু লাইফমগী খোঙচৎ

—মোইরেনসং ।

মী শিংসিং কযান অবেন্থ নৈতন হৌঙ্কিক কৌবরু লাইফমগী খোঙচত্ত সরুক থারি। অভাং চহি ১০ থর হেনবদগী অহল লমন চহি ৭০ হেল্লবফ.ওবন কৌবরু থাব চংলরি। হান্নদগী চহি থুদিংগী কৌবরু কাব মসাং অস্নুম অন্নুম হেনগংলাক্লি। অনকপ অরাঙ্গগী মীওই স্নুন কৌবরু চীংদোলদ উন্নরি। কংলৈপাক্কী য়াংমদগী অসামগী মফম কয়াদগী লাকুন কৌবরু লাইফমগী খোঙচৎ অসিদ সরুক য়াব লাক্লি।

মাঙুদ তারিব য়াফম—য়ান্ন মরু ওইব্রব কৌবরু লাইফম অসি মীয়োন ৭ লোম অথঙ অহৈলিংন য়েংসিনবিরক্কবদগী লাইফম অয়াম্ব থঙনস্রে। লাইফমসিং অসি তাব খোঙ লম্বী নিংথিন লৈতবদগী মসিং তাববস্থু থিকম চংফম থঙনদন লৈরকপসি মতম কুইশ্রে। নিংথিন থঙ হৈব লমজিংব অম লাই থুরুম্ব চংপ থুংপু অদুদ য়াওব্রগদি মফম থঙন

খুরুম্বগী খুদোংচাব অসি ফংব ঙম্মদ্রি। মরু ওইব খুভম অমদি কৌবরু চীংগে ইরোন্দ মরু ওইবনি হায়মহুন পল্লব মফম ৪০ হেম্ন লৈ। লাইগী ঈকোন (পুখ্রি) ৭ লৈ। অচৌব চীংজাও ওইবন অযাম্ব মফমসিং চংব ঙমদন হন্নরকপন অয়াম্বনি। করিগুম্ব খুৎপু খরদি কৌবরু চীংদাগী ফুমিং ৭নি লৈব, চয়োল ২ লৈব নুমিৎ ১৫ (থাংনাই) চুপ্প লৈথরম্ম খেংলৈ। অহুবু কুইন লৈথববম্মু মফম খুদনদ্রিবসিংদি চংলমদন ঙম্মরকপ ঙাক্কনি। ফিভম অসি থুক্কম্ব চৎপিরিব মীপুম খুদিংগী লাইবক থিবনি।

সলাই পুন্সি-ফম্ন মীযামগীদমক হোৎনরকপ—মক ওইগ্রব লাইফম কৌবরুগী খঙবদ খুদোং চাদ্রব মফমসিং অসি পুথোক্নুন কে করু চীংগোইরোনগী বারীসিং অ স অমুক নোংহোন মিৎন হৌন খঙমিন্নব য়ানন্ব চহি কয়া চংন থিজিনবগী থবক চথবকাখ। চীংখোঙদগী কিলে মিতর কয়ামরুমগী লমওন (সার্ভে) অমসু ফুমিং ৭নি চংন পাংথোকখ্রে। লমওন-পথাপ কয়া সিজিন্নহুন লাইফমসিং অমদি মরু ওইব মফমসিং থুংন চৎপ য়ানন্ব নিংথিন য়েকথোক্লব পাফল (মেপ) অমসু পুথোকখ্রে। চহি ৭ হেন্ন মফমসিং পুথোক্লব হোৎনরকখিব খোঙচৎ কয়াগী মারোলস্ম সলাই পুন্সি—ফম সংলেম্ন পুথোকখ্রে। সলাই পুন্সি-ফম্ন পাংথোকখিব চহি ৭ খর হেম্ন চংখিব কৌবরু চীং থিজিনবগী খোঙথাং অসি পাংথোক্লব মতুংদগীদি হান্ন খঙনরমদব — লোকনিংথোগী খুভম, চেকসা ভাব খুভম, ঈমোইন্নু-থেল (ঈমোইন্নুগী ফুঙ্গা হুংহুম ৩ লৈব লাইফম), সম্বোং-ঈকোন (লাইনিংথৌ সনামহীগী ঈকোন), মুঙ মুম্বল-মুঙ য়াংকোক, সঙ্গাই য়ুমফম অচৌব, সঙ্গাই য়ুমফম মচা, মুঙথম্বাল সাব ঈকোন, পাখঙব ঈকোন, পাখঙব ঈকোন ২ মুব, লাইনিংথৌ কৌবরুগী চিংথৈ লাইফম ৭, থোল্লাং ৭কী থোল্লাংমৈ, ঈমা অম্নুম্বীগী মুঙ লাইখল, থোল্লাংগী উফম —অসিনচিংব মরু ওইগ্রব খুভমসিং অসিগী চৎনব লম্বীসিং লেম্মে। সলাই

পুন্সি ফমগী শীরা চন্থরা ১০০ রোম উজাও-রাজাও, নারক মোংসোং, সুগুলক তে খোক্লুন মথং মথং লম্বী সেমক্লুন হৌজিক্তি খোঙ লম্বী অমমম লে ইন লৈরে। অম্বম সেমকপ লম্বীসিংদ চৌংমী ঈচিল ঈনাউমিং কয়ানম্ম মবক মবক্ত কায়ব পোৎ-চৈ খিব চৎপদ চৎপিদুন খুনাম নিংথিন তারবম্ম য়াওরে।

অম্বম লম্বী লৈরকপদগী মপাঙ্গল ফব নহারোল অহল্লোন কয়াদি লাকম কন য়াম্ম অমুকী খোঙচত্ত চংলম্ম ওয়রে। মসি সলাই পুন্সিকম্ম তোংনজদুনা মায় পাকখুরসিংগী মম্পদ অমনি হায়ন মীয়ামম্ম সীংখাবিরি।

কাবকফম লম্বী - কৌবরু চীং কারকফম লম্বী অসি য়াম্মী। ময়াম্ম খ্বাইদগী হেম্ম খঙ-বিব কাকম লম্বী অসি জি, ফাইবুং ভিলেজগী খুল ভারিব অসিগী খুলযায় ফাওদুন চৎলিব লম্বী অসি মোত্তবুং কৈথেল লা ম্বাক্লগ পংলাপ লাগুন নেসনেল হায় ব্রে নম ৩৯ অসিগী মচিনমক্তদ ফংলে। লমদাং খুদোং চাব অমদি লল্লাই গারি পার্কিং তৌকম মত্তাং চাবদগী কৌবরু কারকফম লম্বী অসি মীয়াম্ম খত্তনৈ।

জি, ফাইবুং ভিলেজ লাম্মোক্লগ মতেক খর চৎলগ সাইত্তু খুল্লেন লৈথ্রু। নেসনেল হায ব্রে নম ৩৯ অসিদ জি, ফাইবুংগী লম্বী মপাদগী খর চৎলগ সাইতু খুল্লেন হাইগৎপ লম্বী অম থেংনগনি। লম্বী অসিম্ম কৌবরু কাবকফম মমিং চৎপ অমনি। জি, ফাইবুং অমদি সাইত্তুগী কাবকফম অনি অসিন খ্বায়দগী মরু ওইব কৌবরু কাকমি। অতৈ মায়কৈ কয়াদগী কারকফমম্ম লৈরি অদুবু লম্বী লম্মাংদনবগীদমক হায়খ্রিব লম্বী অসিদ কারকপ অমদি কুম্লকপন খ্বায়দগী খুদোং চাই।

মরু ওইব কৌবরু লম্বী—কিলো মিত্তর ৫০ দগী হেম্ম সাংন চৎপ য়াব, কিঃ মিঃ ১০০ হেম্ম পরিং মথং মথং চৎপ য়াব কৌবরুগী চীং লম্বীম্ম লৈ। কৌমু চীংদোল অমদি লোয়ারাকপ চীংদগী কৌবরু তম্ম লাকপ অমদি কৌবরু য়োরগ অমুক ইমোইমু থেলগী নাকলদ চৎলগ সংগাই য়ুফম

মচা কাওদোকুন সম্বোং ঈকোন (পুখ্রি) মপান্দ তাব অমদি মথং মথং চীংয়াংদ চংখিব খুল কয়াম্তু থাইখ্রব লম্বী অদিমক য়াম্ন মরু ওইব মী-নি। পারি লম্বীদ চংলবদি য়াম্ন ফাপত্রব মফমসিং কৌবরুগী মরু ওইব লম্বীসিংদ সমজিন্দুনা চংপ য়াই। ওয়েংলোং, খাংচুপ, ফোংতীয়াং চংব তারকপ লম্বী কয়াগম্তু ফাওনব লম্বী কৌবরুদ লৈরি।

**মপুং ওইব কংনব মচাকসিং**—কৌবরু লাইফমদ মরু ওইব মফম ৪০ হেন্না লৈ। অদুবু লোইনমক্কী লাই কংনব মচাক তাংলুত্রবস্তু মপুং ওইব মরু ওইব পোংচাকসিংদি— (i) হৈরম ৭ (ii) লৈরম ৭ (iii) তাউজিং খুংফাং নাইবর (iv) লাইনিংথৌগী ফিরোয় অম্বুব (v) লাইরেম্বীগী ফিরোয় অম্বুব (vi) তাইরেন-পুংফাই (vii) মেক্রুক (viii) মৈরা ৭ (ix) সংবরৈ-লাংথবৈ (x) কৌ চফু মচা ১ (xi) হৈবং-লৈকং থব অসিনি। লাইফম শুন চংদনা লাইফম পুম্নমক ঈরাং থোনম তোব তারবদি পোংলম মচল যাম্মী। চপ্ত মাত্রব পোংলম থরম্তু মসীং য়াম্ন হেন্না চংই।

**কৌবরু থোংচত্ত অহান্ন থেংনগদবর**- কৌবরু লাইফমসিং খুদুম্বগী থোংচত্ত ইহান হেক হান্ন থেংনগদব মফম অসি "মেরা-থেল" হায়রিবসিনি। মেরা-থেল অসি অসেংবা কৌবরু চীং-সা হেক হৌব হৈতুপ পোকপীগী থেল অদুদ লৈ। চংনরিব মীয়াম্ন মফম অসি অহৌব ওইদুনা ইখঙ খঙনদবদগী খুদুম্বারি।

মেরা-থেল অসি য়াম্ন লুব মফম অমনি। মেরা-থেল হৈতুপং পোকপীগী লমথাইদ লৈ। মফম অসি কৌবরু লাইফমসিংগী অহান থোঙাঙনি, লাইথোঙনি। মফম অসিদ তাক্রমদনা কৌবরু খুদুম্বদি অয়াম মহৈ চীং অসিগী মনাদ অমুক লৈহৌই। মসা মসান ফজরকপ থৌজালসিং

অহু খর মথৈদি মেরা-থেল মপা লাম্বোক্‌ন য়ুমদ হূরকপ মতমদ লৈহৌই হায়ত্বন ওম্বোক্ল লুন থৌনরকপ মফম অমনি।

মফম অসিদ ঙৈহাক পন্দুন মৈরা অমত্তং চুখৎলগ ওমজব খরদং কৎচত্বন কৌবরু লাইফম চংজগে হায়ত্বন পাউ তাকচরমগনি। অমুম তৌরবদি মরম চাদন লম্মাংনব, মরম চাদন থোঙবু মসেল কায়নব, অনিং-বগ ওইরবপ থবক চারদব অসিগুম্ব খুদোং থিব থোক্কে। লাই খুরুমজবগী থৌজাল অমত্ত মাঙদন ফংই। মরম অত্বন রারী অসিন কৌবরুগী থোঙ-চংকী ইহ'ন হায় খঙগদব সরুক্কি।

মেরা থেলগী মফম- হৈবী পোকপীগী লমথাই কারোংদ থেল মচা অম নৈ থেল অসি জি, ফাইবুং ভিলেজ লাম্বোক্লগ মতেক খর সোইরোই ঙমখৎখিব চাংমায়রোমদ তম্ব চৎলগ থেংনগদব লোকয়াদ লৈব মফমনি সাইত্বু খুম্নেনগী লম্বীদ কারবদি মেরা-থেল অসি মায়ওক্লন থেংনরবোই মরম অত্বন জি, ফাইবুংলোমদগী হাইগৎলকপ লম্বীগ শাইতুদগী কারবপ লম্বীগ সম্নফম থেল মচা অসিদ ঙৈহাক পন্নগ রাথলন থেল অসিবু নিংসিংত্বন মপা তম্ব মৈরানচিংব কৎলমগনি।

মেরা-থেলগী চপ চাব মফমদি জি, ফাইবুং লান্দুন কারল্লগ অহানব থেংনব লোকপম অত্বগী মপা লাম্বোক্লগ হৈত্বুপ পোকপীগী থেল ফংলে। হৈত্বুপ পোকপী অসিদ ওইচৎপ-যেৎচংপ লম্বী অনিগী লমথাই লৈরে। লমথাই অসিগী কারোং তাইনফম মরুদ লেপ্লগ মায় অল্লাং পাংন ওন্দুন লৈব মতমদ মাঙদ হেক উরিব চৌংগী অঙম্ব হাইগৎলমদাই থোংচিন্দ লৈরিব মফম অত্বনি। চহি খুদিংগী সলাই পুন্সিফম মতেক অম সেংদো-ক্নন মৈরানচিংব কংলম্বগী খুদম য়োংলবম্ব মফম অত্ব য়াম্ন লায়ন অত্বম্বক কংনবগী পাম্বে ওইগনি।




পুয়া নৈনবা লাতন।

# মাইবরোন পুয়া

## লায়থ্ং কোকপ

লাইফমসিং

লায়থুং পকপ অসি মখল যাম্মী। "আহারাই" হায়ব লায়থুং অসিন খ্বায়দগী মসক খঙনব হেল্লি। চুম্ন উল্লা মথক্ত ভৌথারকপ মফম মচা অম ভৌথোরকপদগী অম্নুম পাকথোরকপ মখলম্নু লৈ। অপাং অনোমগুম মহি তাহুন উল্লা পোথায়ন নাবদগী মফম অঙৌব ওইবকপ মখলম্নু লৈ। লায়থুং পকফমসিং লাইফম যত্তবসিং চংলুবদগী ওইবকপ অনাবম্নু লৈ। কিম্বব য়াওন, চৈনা য়াওন নাব মখলম্নু লৈ

অম ওইরে অম ওইরে লায়থুং পক্রবদি লায়না অসিগী কোকফম মফম কয়া সনামহী লাইনিংগী লাইফম কয়াদ লৈ। তসেং তসেংন পাম্বৈ অতৈ অমত্তন লায়য়েংব ওম্নকত্রবদ লাইফমসিং অসিদ চংলগ হৌনবী কাংলোন পাংথোক্লগ ফখিব মদীং য়াম্ন লৈখ্রে। লায়থুং কোকফম লাই-ফমসিং অসিগী মমুংদগী পুয়াগী য়ারী কয়াদ য়াওহুন লৈরিব মফম থর নৈনবদ কাম্নগনি।

পুক্লক সৌবী :— (i) কংলৈপাক অসিদ পুকক সৌবী লাইফম মদীং য়াম্ন লৈ। ছৌজিক বর্মা লৈপাকী লম শইখ্রব, থায়ন কংলৈপাকী

ল' ওইরম্ব লোঙ্গাইরোক মচিন্দগী হৃত্তিকং চৎলগ লৈব পুরুক সৌবী অসি চৎ মুডুং মরীলম লৈ। হৈনৌ ই'রল লাইফম য়ৌদ্রিলে লৈব পুরুক সৌবী অসি লাযথুং অতৌব কোকুব মকম অমনি।

(ii) তারুখা লাইফমদ লৈরিব পুরুক সৌবী অসিন অনকপদ লৈব ময়ায়খর হেন্ন খঙনব মফম্নি। সাম্বদাস মহন্তন পুযা মৈ খারুবগী লাইথুং পক্তুন মী সোক্ল পঙব মাত্রব মতমদ খোংনাংথাব মাযচৌদ হায়জ- ত্রন লায়যেংবিবদ — পুরুক সৌবী ঈকোন অসিদ সাম্বদাসপু লুপহন্দুন কনবিখি। তারুখা লাইফমগী পুরুক সৌবী অসি "চৈরাউবগী মসিল" কৌব পুযাদস্থ পল্লি। তারখা অসিদগী সনা কোনয়ায় লুপা কোনয়ায় চুন্দুন সোক্লকপ ঈসিংন সজিফু নোংম পানব চৈরাউব মুমিৎ অসিদ ঈকক্লব ভমজরবদি চহিত্রমগী লায়থং লাযনা কোকই হায়হন পুয়াগী লৌথুল খঙব অখঙ অহৈসিংন চেকসিন্ন তৌনরি। তারখাগী পুরুক সৌবী অসি লাইথং কোক্লফম ৺ইব ঈপুধৌ পাখঙবগী য়াথোকযম লাইফম্নি।

(iii) লোকতাক পাৎ অসি ঈসা ৯ যাংন লৈ। ঈসা ৯ অসিগী ময়ায়দ পুরুক সৌবী অম লৈ। মফম অসিবু লোকতাক পাৎকী পুরুক সৌবী হায়ন খঙনৈ। ঈসিং ঈমায হাইথব মতমদ হি তোত্নুন চৎলগ সনা লুপা কোনযায় থাদ্রন ঈসিং ঈর ক্লগ লাইথং থুংব মীন ঈরু সাদেং- লবদি কোকই হায়দ্রন মাইবরোলগী য়ারীদ লৌরি।

**নুংজেং ঈকোন** — কংলা মমুংগী 'নুংজেং" লাইফম অসি লাযথুং কোকফম মকম অমনি। নুংজেং ঈকোন অসিদ লুপা সনা কোনযায় হুলগ লমতা থাগী থাসি মুমিত্ত পাউ কৎচরগ নোংঙাল্লগ সজিফু নোংম পানব চৈরাউব মুমিত্ত ঈসিং ঈরান পুল অহনবদ ফিরোল ৭ লোয়ন ফিজুম থারগ ফিরোয় ফিভাম কত্তুন ঈরাল্লবদি—ঈসিং অসিন লায়থং

থুংব মীবু ঈরু সাদেংঙনবদ ভিনকোক লাহকোকই।

অতৈ মতমদ মুংজেং ঈসিং ঈরানগে হাযববদি মুনিৎ থাবাল অফ-ফত্ত য়েংলগ অখত্ত অচৈন লেম্ম মতমদ লৌগনি। লাইন মী চাব তাব থাবালগুম্বদ লাইফমগী ঈসিং সোকপ যাদে।

ঈসিং অসিন মাইবরোন প্রযাদ ইরিব লাইসাল ভিনসোলসিং সোম্মুন তত্তব চামথোক্লবদি লায়থ্ং কোকই হায়দুন থাযনদগী লুন ভৌমরকই

লাঙ্গোল পুক্সিরোক—লাঙ্গোল পুক্সিরোক মকম যাম্মী। লমদেংলোমদ লৈব, লমযেলসামদ লৈব মখম যাম্মী। লুরাং নিংথৌ পুক্সিবন পুক্সিরান সানবদ সিজিন্নরম লোন মযাম পুক্সিব হায়ব মিং অসি লৌরগ পুক্সিরোক হায়ন খঙনখিবসু লৈ। অদুবু পুক্সিরোক হাযরগ লাইফম ওইন খঙনরিবসি অহানবদ লাঙ্গে ক ন পচক চীং দালদগী সন-থোং পাংন হাইথরক্লিব লোক্লম অসিনি তনিসুবন লমেংলে মদ ওম্ম লৈখ্রিব লুরাং নিংথৌ পুক্সিবন লাই খুরুম্নগী খুবউ মকম লৈ হায়দুন চংনরিব মকম অসিনি। মফম অসি লুরাং সনগুন লোক হায়নসু খঙনৈ। লুরাং নিংথৌ পুক্সিবন চৈথ লাবরোল নক্রণ চিংথৈরোল লাব হায়ন খঙনরিব সাজেস অসি সচরগ সনগী সঙম লোম্বুন খুকউন মুঙংক্ত লৈতাদুন কুম্বব লাই খুকপ্লমী হায়দুন লুরাং সনগুংলে ক হায়নসু কৌই হায়ব ঋরী অমসু লৈরি

হায়রিব মথক্কী পুক্সিরোক অনিমক লায়থ্ং কোরফম ভাক্তনি। সনা লুপা কোনয়ায থাদুন ঈপুথৌগী ফিরেয় ফিঙাম কংচদুন ঈসিং লৌবগ ঈরু সাদেংব, অনাব মকম্ম চামথোবপনচিংব ভৌরগ লায়থ্ং কোক্লবগী পাথৈ ওইনরকই।

লায়থ্ং পকফম—নৈনবদ য়াম্ম নুঙাইব অমদি অঙকপ পোকপ থাফম অম লৈ। লায়থ্ং পকপ মকম অম লৈরবদি মনাক নকপদ, থোঙন

চংপদ যৌব য়াব মকমদ লায়থুং কোকপ মকম হেক্ত লৈরম্মী। লাঙ্গোলগী লায়থুং পককম মফম কযা লৈ। নাপচিক চীংদোলগী মৈরম পাংবদ লায়থুং পকপ মফম লৈরগ মনখোং পাংবদ লায়থুং অতু কোক্সব মফম পুন্সিরোক লৈ।

লমদেংগী লুরাং ঈ মরিলগী লায়থুং পকফ মফম অসি হৌজিকফাওব চং চং লাউন মরায়বক থিব মীদি চংলুবদগী লায়থুং থুংনবি। মফম অসিদগী খোঙন মতেক অম চংলগ লুরাং পুন্সিরোকী লাইফম লৈরি। লাযথুং অতু কোকফম লৈরি।

চাউব্রিখোং-লুরাংই ঈগাইফম—কৌমু চীং তাইন লৈমখোং-লোমদ ফাওতুন লুরাংই তুরেল অসি চেস্থরকই। লুরাংই তুরেলন লাঙ্গোল চীং তম্ন চেল্লকুগ লমদেং ফাওতুন লাকই।

চাউব্রিখাং মরীল অসিম্ন লমদেং ফাওন চেল্লকুন লুরাংই মরীলগ লমদেং থুংমক্তদ সম্নরৈ। চাউব্রি থাংগ লুরাংই তুরেলগ ঈতাইনফম মফম অসি পুয়াদ য়াম্ন সিংথাহুন লৈ। তোইবী লৈমন লায়থুং অতৌব পক্তুন লোক্ত সম্নব য়াদবদগী মপা দ হল্লক্তুন লৈব এতমদ ঈতাইনফম মফম অসিমক্তদ ঈরু সাদেংবদগী লাযথুং অতু পুমবোক কোকখি। লায়থুং কোক্তুন মসক মতৌ মজবতু নিংথৌ মনাইসিংন উরুবদগী থুম্নু লৌব চংবদ লৈব তোইবী লৈমগী ফজবতু য়েংলিউদ থুম্নু কাহুন চাব যাখিদে হাযতুন ওসিফাওব 'লৈম য়েংলিউদ থুম্নু কাই" হাযহুন পাউরী-রিবসিনি।

চাউব্রিখোং-লুরাংই ঈতাইফম মফম অসি ওসি ফাওবদ খযোম লাক্তুন, ঈরাং ঈসোল তৌতুন লায়থুং পকপসিংন ঈরু সাদেংনরি। মীপুম্নুই কযা মফম অসিদ ঈরু সাদেংবদগী লাযথুং কোকপ্রবনি।

লায়থ্রং থুংফম—য়াম্ম ভক্রিবদি লায়থ্রং কোক্লিব লুরাংই তুরেলগী মফম অত্তুদগী থরদং তুরেল মরিল অসি চংখংলগ অহোরাট, লায়থ্রং অভোব পকক্ষম্ম মফম লৈ। তোইবী লৈমন লায়থ্রং অভোব পর্বারিব মফমসি হায়রিব লুরাংই তুরেলগী মফম অত্তুমাক্ত। অদুগা লায়থ্রং অদু চাউব্রিখোং মচিন্দন হমুক ঈরু সাদংলপ কেকই। য়াম্ম ভগ্রবাদ মফন অনিমক লুরাংই তুরেলগী মসামক্তনি, লন লাপ্রবস্থ ন ত্ত।

হায়নব লৈ হায়নব লে—হ্ পাম্বা থোরবদি হ্ অদু চ.ব প ক্ষী মনাক নকপদ হৌরিবনি। হায়নব লৈ—লৈনুংদ মকোন সাব পিশন চিক্রবদি লৈমুংদ লৈব তীল অমন হ্ অদু হাংল। হায়নব লৈ হকচাংদ পকপ লায়না পুম্মক হকচাংদগী থোকপ হীদাক্ত লায়ষেংব ভন্মী। হকচাংগী অনাবদি হকচাংগী পোংলম্ম লায়ষেংগদবনি। হায়নব লৈ—তিংথং অম য়ুরবদি তিংথং অমন হল্লি।

অম্সুম লায়থ্রং পকপ মফম অম লৈরবদি অকোংবত্তদ লায়থ্র কোক্ফম লৈগদবনি হায়বসি মভম কুইন লায়নব্রক্তব, খডনব্রক্তব মরু ওইব য়াফন অমনি। মরম অদুন মফন হায়নব অমদ চংলুবদগী লায়থ্রং শক্রক্ত পংথাপ থাপ্তেন লায়থ্রং অদু কোক্ফত্ত মফম অম লৈরবান হায়নানিংবিগনি। অফত্ত অহৈদ হংলগ লায়থ্রং অদুন য়াম্ম হেনজিল্লিরৈত্তদ কোক্লনব পাম্বৈ থিংহৌগদবনি।

—মখা মথং চেফোংদ ফংবিগনি।

---

## মারুতি কার সাঞ্জার

লুহোংব, মপাম চাকোব অমস্তুং অত্তে থোরমসিংগীদমক মারুতি কার য়াম্মাবরব য়াগনি। অকুপ্প মরোল কংলৈখোল সংলেন সগোলবন্দ ভেরা থুরাইজম লৈকায় ইম্ফাল অসিদগী ওফিস মতমদ লৌবিরব য়াগনি।



## য়াইবগী হীদাক খাউ
## ( অপোম্ব )



অপোম্ব মখল যাম্মী। মফমগী মতুং ইন্না মমিংনু খৈয়ে। মায়দ পোন্নগ উরিং কৌই। কোক্ত পোন্নগ সবিরাই কৌই। নংগলদ পোন্নগ খোঙ মহুম কৌই। হুন্দ পোন্নগ যাইরোং কৌই সেগ্রাক্ত তৌরগ সেগ্রাক পেশি কৌই। যিন্নুদ তৌরগ বাগীনচিংব কৌহুন মখল মখা য়ান্না লৈখ্রে।

হোবকফম — হকচাং মনুদ ফত্তব মচাক য়ান্না লৈরক্লব মতমদ পোমহোবকই। হকচাংগী অকক্লব মফম অমদ কুইন পন্দুন লৈব চন্নব্রব পোংচাক অমদগীন্নু পোম্বগী লায়না লাকই। অহেনব মচাক অহু হকচাংগী ব্রাংমদ তানখোক্লব চোংনরকপ হকচাংগী থৌরম অমনি।

লাংখৈং — (১) মহেৎসা লায়যেংদ — অপোম্ব অহু করিমত্ত অখিনা যাওদনা যুপোকহনগনি। অচম্ব চিনজাক্তমক চারগ নাই চাহন্দুন মতম তাহন্দুন ফত্তব মচাকমখৈ সেংনা মপান্দ চংথোকহনগনি।

(২) মাইপাকপগী লায়যেংদ — অপোম্ব খুদিংমক হকচাং মনুংদ হনজিন্দুন মাইথৈ তম নাম্নিংঙাই মরম লৈ। হকচাং মনুংদ হনজিনখিদনব খাযদগী যম হীদাকসিংগী মনুংদ মংগ্রা অডাংব মনা থোংহুন কংসোই চাবগ মীথৈ ওনুগী মসিংখা চাব অসি হায়নিংঙাই লৈতন ফৈ।

(৩) খোই মহুমগী হীদাক্ত অখন্নব অমদি উচিখোই মহুমগী লৈপাক্ত খোইহীগ তোংলগ মচিন যাংলগ থোম্ব অসিনি। ফাংলিব মচিন অহুদ ফুংসিল নাপু কাবহু খোইহীদ চোংখ্লগ নপকনি।

( ) অপোম্ব অচৌব হায়বদি বাগী,তাকি, পেতিনচিংবদদি নাউসেক্কী মম্নুন খিলহংপ হায়নিংঙাই লৈতন কান্নে। অপোম্ব মরাই তাহল্লি।

# কাংলোনগী তাইবং

## (এলোপেথি দাক্তরসিং করম্ম পোকখি)

— কাংজীয়া



মালেমসিদ অনাবগী লায়য়েং কাংলোন মখল যাম্ম লৈ। হোমিওপেথি, এলোপেথি, নেচরোপেথি, অয়ুর্বেদিক, ইউনানি, একুপংচর, কিগোং, মাইবরোন, পুকশুরোন, জিনসিংলোন, সাইকিক হিলিং—অসিনচিংব য়াম্ম লৈরে। মযাম অসিগী মসুংদ হৌজিক হৌজিক মযাম্ম খ্বায়দগী হেন্না শঙনরিব লায়য়েংসং কয়া মকম মফম খুদিংদ লৈব উরিবসি "এলোপেথি" হায়ব লায়য়েং মখল অসিনি।

এলোপেথিগী মমিং—হোমিওপেথি লায়য়েংদ অনাব হুদুগ চ হুব মখল মায়ব হীদাক থাই। অনাব অহুগ ওন্না তৈনবদ লৈব মচাক্ষ হীদাক লেমদে। অহুবু হৌজিক কয় চংনখলক্লিব লায়য়েং অসিদদি অনাব অহুগ

চাম্নদব, ওম্ন তৈনব, অনাব অহুবু নমথনব অমদি অনাবহুগ চাহদব মচাক থাজ্নন য়ৈণ্নব হীদাক খুৎথা থাই। অদুম্ন হোমিওপেথিন খন্দুন হৌজিকী মতমদ চংনরক্লিব লায়য়েং মখল অসিগী মমিংবু "এলোপেথি" হায়ন খোল্লি। মসি হোমিওপেথিগী ওম্ন তৈনব মমিংনি।

খুদম ওইন হোমিওপেথিগী লায়য়েংদ অনাব অমবু মরি লৈনব হীদাক থাহ্নন অনাবহুদ নাথোকহন্নব মতৌং পাংসিল্লি। অম্মু নাথোক-হল্লগ অনাবহু মখোক লোকহন্দুন কেকহন্নব হোৎনৈ, অনাবহু অরৈব মথৈ নাথোকহল্লগ কোকহন্নব পাম্বৈ সিজিন্নৈ। এলোপেথিদদি অয়াম্ব অনাবহু নাথোকহন্দে. থিংজিন্নব নমথনব নারিবহুগী মায়ৎক্ত লৈব পোৎ-চাক সিজিন্নহুন লায়য়েংনব হোৎনৈ। অম্মু ৱাথল খেন্নব অসিদগী "হো'মও" "এলো" হায়ব ময়েকসিং অসি তোঙান তোঙানব লায়য়েং অমি অসিদ পিনৈ।

এলোপেথি লায়য়েংগী হৈহোৎবোন — এলোপেথি হায়ব ৱাহৈ অসি লৈত্রিচৈদ লায়য়েং মখল অসিদ থাহনগী ইজিপ্ত লৈপাক অমসুং মেসোপোতামিয়া লৈপাক্ত পোক্লকখি। গ্রিক হিস্তরিয়ান হেরোদোতস অসি অরিব মীহৌরোন ইবদ মমিং পন্দব লৈত্রব সকনাইব মীসক্লি হেরোদোতসকী খুৎইদ থায়নগী গ্রিস লৈপাক অহুদ থাম্ন লৈত্রব ইজিপ্ত লৈপাক্কী মাইব অমসুং সারজনসিংগী মতেং লৌরম্মী হায়দুন ইরম্মী।

চহি ২৫০০ গী মমাং - ঙসিদগী চহি ২৫০০ রোমগী মমাংদ গ্রিস লৈপাক্তস্ম ইজিপ্ত অমসুং মেসোপোতামিয়া লৈপাক ঙসিগুম্ম অনাব লায়য়েংবগী কাংলোন অসি হৌরকপ থেংনৈ। খ্রি: মমাংদ গ্রিসত পোকখিব হিপ্পোক্রেতস অসিমক "লায়য়েং কাংলোনগী মপা" নত্রগ "হীদাকলোনগী মপা" "ফাদর ওফ মেদিসিন" হায়দুন ঙসিগী মালেম অসিন ইকায় খুম্নরি। অহুন ইজিপ্ত অমসুং মেসোপোতামিয়াগী মথংদ মালেমসিদ হীদাকলোনগীদমক মমিং লৈরকপসি গ্রিস লৈপাক্লি।

লাই-তৌলদগী কাংলোন্দ লাকপ হিপ্পোক্রেতসকী মমাংদদি গ্রিস লৈপাক্ত লায়য়েংবগী কাংলোন অসি লাই-তৌল, তন্থলাই, হেলোই লমলৈমগী অমদি মিংন উব ফংদব তোঙানব তাইবং অমদগী অনাব পুন্নমক হৌরকপগী রাখল লৈরম্মী। লই খুকমচুন লাইয়েংব, লাই-তৌলগ মরী লৈনন লায়য়েংবগী চংনবী অসি লৈরম্মী। হিপ্পোক্রেতস পোক্লকপদগী অনাব অমং হৌরকফম অসি মহৌসাগী ওইব মরম অমমম, হৌরকফম অমমম লৈগনি হায়বসি লৈনব হৌই। অনাবগী হৌরকফম অসি মিংন নাকোংন ক লয়োইদব লাই-তৌলদগী হৌরকপ নত্তে, অনাব থুদিংগী হৌরকফম মরম অমমম মহৌসাগী খোঙাং অসিদ লৈ হায়বসি মহক্না থিজিনব হৌরকই।

হিপ্পোক্রেতসকী থিজিনব অসিদগী অনাব পুন্নমক হিযুমর ৪ থক্তগী চাং কায়থরক্লুন ওইরকপানি হায়বগী কাংলোন অসি থোবকখিবনি। অনাবগ মরী লৈনব হিযুমর ৪ অদুদি— (i) ঙ (ii) লোক শিল-নপ্পচিংব (iii) নাপু মচুগী সিংথা অমসুং (iv) অমুব মচগী সিংথা অসিনি। হিযুমর ৪ অসিগী মওং মপাও লৈনবগ হকচাংগী থিভম অপ্পাবত্তগী মওং অমসুং হৌরকফম খঙনবদা লম্মী পুরক্লম্মী। অসুম্ন মরম খঙদব, লাইন তৌগল্লিবনি হায়রগ পোস্থাকপ লায়য়েং মথস অদু মতৌ অসুম্ন গ্রিসকী মাইবরেন হিপ্পোক্রেতস পোকপগী মতম চাংথখি।

লায়বেংবগী তাইবংদ রোম লৈপাক খ্রি কু চহি ২০০ রোমগী মতম অহৌবাইদগী রোম লৈপাক্ত অনৌব লায়য়েং মথক্স কুসিগী মঙাল লাকপ হৌখ। মঙালদ অসি মসাগি গ্রিস লৈপাক্ত পেরগ মাইব-রোনগী কাংলোন অনৌবা অসি হিপ্পোক্রেতসকী মতুং দ খ্বাইদগী হেন্ন মঙাল ফংথিব অরিব চকী মাইবরেন মমিং তাদব লেত্তব গেলেন তমিন রোম লৈপাক্ত লাকখিদগনি। গেলেনগী মতমদ হকচাং মন্থগী বয়াৎসংগী মওং মতৌ লায়য়েং পথাপক মরী লৈনন লৈনব হৌগৎলকখি।

মীওইবগী থম্মোয় হায়ব কয়াৎ অসিদ মখুল ৬হোব মচা মচা লৈ, মতুদ থম্মোয়গী য়েৎথংব নাকন্দগী ওই থংব নাবন্দ হকচাংগী ঈ চেনসিল্লি, মখূলসিং অসি ভেন্ত্রিকলসিং অসিবু খায়দোক্লিব থম্মোয়গী লৈমাদদ লৈ অমুম্ন কয়াংকে থোরম নৈনরকপসি গেলেনগী মতমদগী থুং থাহুন হৌরকখি।

লাম্ন লাম্ন মেদিকেল তম্ব—গেলেনগী হকচাং কয়াংকী ব্রায়োল অহু অয়ানবনি। অহুবু চহি ১০০০ রোম হেম্ন অয়ানব হকচাংগী ব্রায়োল অসি মেদিকেল সাইন্সত তম্নখি। হোংনব বন্দব ওহুব মেদিকেল সাইন্সকী প্রোফেসর অমন থাগু অমত্ত পাযহুন মীওইব অমত্তগী হকচাং কয়াংসিং লেন্দুন নৈনরমদ। সুপ্নগী গেলেনগী অয়ানব লাইরিক অহুত-মক পারগ লাইরিক তাকপিরম্মী।

হকচাং কয়াংলোন অসি আর্তিস্তসিংগী খুদোলনি, দাক্তরসিংগী খুদোল নত্তে - রিনাসান্স :পরিওদকী আর্তিস্ত কয়ান মখোয়গী লাই য়েকপ লাই সাবগী হোংনবদ মীওইবগী তোঙান তোঙানব কয়াংসিং অসি থ ঙ থাহুন খায়দোক্লুন নৈনরকখি। খ্রি: ১৪৫২ ১৫১৯ দ পোকখিব আর্তিস্তসিংদুগী মহুংদ লাইপে ক ওইখিব লেওনাদো দা ভিনচি মখং পনব মতিক চাই। লেওনার্দো দা ভিনচি মতোমতন অসিব মীগী হকচাং ৩০ খায়দোক্লুন কয়াংসিং নৈনখি। আর্তিস্ত অসিগী নৈনব অনিদগী কয়াংসিংগী অযেকপ লাই ১০০০ (লিসিং অম) য়েকখোকখি। অতৈ আর্তিস্ত কয়ানন্দু মীওইবগী হকচাং কয়াংসিংবু য়েবথোরব নৈনখি।

অমুম্ন আর্তিস্তসিংন য়েকখোক্লুন পুথোরকপ অসিদগী মেদিকেল দাক্তরসিংন মীওইবগী হকচাং কয়াংসিং থগুব হৌরকখিবনি। মথংদ এন্দ্রিদ ভেসেলিয়সনচিংব বেলাজিয়ম লৈপাক্কে পোক্লুন কয়াংলোন (এনাতোমি সাইন্স) নৈনব হৌরকখি। খ্রি: ১৫৪৩ দ ভেসেলিয়সন্দ ইহান হানব লাইরিক " দি হ্যুমেনি কোর্পোরিস ফেব্রিকা" হায়বদি

কোংদোকখি। মহাক্ক ইহান হায়ৰ থম্মোয়দ ভেক্ট্রিকফসিংগী মরক্ক অহোব লৈঙ্ক হায়ত্নন গেলেনগী ৱাহৈ অসি লাক্লি হায়ন কৌকখি। অদুবু করম্ব ঈ অসিন য়েৎকী ভেক্ট্রিকলদগী ওইগী ভেক্ট্রিকলদ চৎলিবনো হায়বহৈদি তাঁকপ ঙমখি দ।

বিল্লিয়াম হার্ভে (খ্রি: ১৫৭৮ ১৬৫৭)—এরিস্তোতল অমদি গেলেনগী মতমগী ৱাখল্লোন অদু বিল্লিয়াম হার্ভে খোবকপদগী মতম পুম্নমক্কী ওইনা ককথৎখি। "থম্মোয়ন মিনিৎ ১ দ ৭২ হক হুল্ল থম্মোয়ন অমুক্তং য়ুপচিনবদ ঈ আউন্স ২ রোম থাদোকই, অদুন পুংদ থম্মোয়ন ৭২ × ৬০ × ২ = ৮৬৪০ আউন্স থাদোকই"- হ য়ফসি ৱাহৈদুং হার্ভেন অহানবনি। মসিদ থায়দগী মরু ওইবদ হকচাংদ ঈ চেল্লি (ব্লদ সার্কুলেসন) হায়বসিনি। হার্ভেগী মমাংদ ঈ অসি চেল্লি হায়বসি মগুক সেংনা খঙলমদে।

গেলেনগী অৱানব- লমচৎ কাংলোন তম্বসিংন গেলেনগী ঈ চেনবগী কাংলোন অসি অমুক ওইরম্মী অদুবু কাংলোন অসিদ লাক্লি। "ঈ অসি চেল্লি" হায়বসি খঙং হানবগী অচোব মনা লৈ। অদুগ ঈ চেনবগী মওং অম হায়রিবসিদি লাক্লি, মপুং ফাদে।

অৱানবদু অসিনি- পুং ১ থুদিংগী মীওইবন ঈ আউন্স ৮৬৪০ রোম চাদিং তৌরবদি পুং ১ দ মী অদুগী হকচাংগী অকম্ব অহৎম্ব সরুক ৩ লোম চাদিং তৌরে। মরম অদুন মচু মহুং সিনজিন্নব চিনজাক য়েন-থৎপদ পুং ১ থুদিংগী মী ১ ন মসাগী অকম্ব অহৎম্ব সরুক ৩ চিনজাক ওইন চাকম থোক্লে। অদু ওইরবদি নোংমদ মী অমন চাগদব চিনজাকী চাং অসি মসাগী অকম্ব অদুগী সরুক ২৪ × ৩ = ৭২ চাকম থোক্লে। মখা ২ পুম্ব মী অমন নোংমদ চিনজাক মোন্দ ১৪৪ চাকম থোক্লে।

মরম চাদব অসিদগী হার্ভেন খঙখি মহুদি—ঈ অসি থম্মোয়দগী অমুক চেম্থোক অমুক চেনসিল ত্তৌই। চেম্থোকখিব ঈ অহু অমুক হনজিল্লকুত্রকদি নোংমদ মন্দ ২ লুম্ব মী অমন চিনজাক মন্দ ১৫৪ চাব তাহগী য়াকংহু অমুক লাকনি। অম্মুম গেলেনগী অরানব অহু চুমথোক'খ।

মার্সেল্লো মেলপিঘি (১৬২৮–৯৪)– মাইক্রোস্কোপ পুথোরকপদগী মার্সেল্লো মেলপিঘিন হংভোইগী খবোম্বীদ কেপেল্লরি কয়া লৈব পুথোকখি। কেপেল্লরি লৈব খঙখিবসি খ্রি. ১৬৬০ দনি।

এন্তোনি ভান লিবুরেনহোক (৪৬৩২-১৭২৩)–মথংদ হংভোইগী মখোঙদ ঈন কেপেল্লরি ফাওহুন চেনবসি এন্তোনি ভান লিবুরেনাহাক পুথোকখি। অম্মুম হকচাংদ ঈন হজং হন্দা চেন্দুনা লৈ হায়বসি খঙবদগী কয়াংলোনগী মমুৎ তাব লৌসিং কয়া অ'স ওইরকখিবনি। হকচাংদ ঈ চেল্লি হায়বসি খঙলমক্রিডেদ বহংবী মরমদ হল্লম্ব মঙগুম্ব য়াসিং অহুন অরানব অমম-থাজ (সুপর্স তিসন) বয়ু গী মরূম কোকফম্মি।

মরম অহুন হৌজিক্কী লায়য়েং কাংলোন্দ (মেদিকেল সাইন্স) তম্লিব অমদি লায়য়েংবন সিনফম ওইরিব মাইব দাক্তর পূম্মক কয়াংলোন ইহান হায় যেকথোক্কন পুথোরম্ব আত্তিস্ত লেওনার্দো দা ভিনচি অমসুং হকচাং মহুংসিদ ঈন হজং হন্দা চেন্দুন লৈ হায়ব খঙহনবিরম্ব বিল্লিয়াম হার্ভে লাইপোকসিং অসিবু মৈরা কজুন কোক নোনফম থোকই। হকচাং কয়াংলোন্দ অচৌব অওনব (রিভোলুসন) অম পূরকখিবসি লাইপোকসিং অসিনি। অসিগুম্ব লাইপোকসিং পোক্লমত্রবদি হৌজিক ফাওব লায় লায় তয়রম্ব তাবনি।

# সিদ-হীদাক
## ( চুঙৌ মহী )

সিদ-হীদাক ওইনা সিজিন্নবিব চুঙৌ পাম্বী অসিদি মচু ঙৌরগা হেক্তা ওইবা মঙে। মচু ঙৌবদা অঙাংবা থর থর কায়, অঙৌবদা ঙাংলৈনবা মূরৈনব পরিং মকুদা হুংপ, চুরাং, মকু থা থা লাউবী হায়রিবা পুম্নমকসি হীদাকী চুঙৌছ নঙে। সিদ-হীদাকমক ওইরিবা চুঙৌদি মীতৈ চুঙৌ হায়নবা মকু থোং থোং লাউবা, অঙাংবা মরিক অমকাওবা কাপুবা, থুং অনিনা পায়রগা কদি সুবদৌনা ইরাই লাইনা মহীসুম্ব য়াবা, মকু থোকত্রবদ্রু অহুম সাম্নহুনা চাবা য়াবা, মহাওদা মমেক য়াম্ন সেংবা মথল অসিনি। পাম্বীদা লোংবা মসা ময়ামদ্রু পাম্লোং অহুম কান সাংনা চাউনা মপ্লোকল্লি।

অথম্বা কান্নবা —চুঙৌ মঙাং ৩ লাইনিংথৌদা কংলগা মীরোনবী মুপীনা চাং নাইনা চারবদি মীথোই মীহেনবা মচা পোকই। লাই কংপদা থ্বায়দগী মহৈ চাউবা পোংলমসিংগী মঙুংদা চুঙৌ অসি অমনি। মসিমক সিদ-হীদাক অহুম ওইরবনি।

লায়য়েংবদা সিজিন্নবা— (i) খোমথক্লাই চুবা অঙাংদা চুঙৌ মহী চাং নাইনা পিজন্নবদি মসা থুনা কগংলি। মীতৈ ওমুগী সিংজু মুহুনা চায়গা চুঙৌ মহী গ্রাম অময়ম থক্লবদি য়াং কংবা থৈ।

(ii) ঔসিং য়াকম হৌবদা চুঙৌ মহী গ্রাম ৫/৩ নোংমদা থক্লবদি থ্না কৈ। হাকথিথনবী মহীগ লম কায়োং মরূগী মহীগ চুঙৌ মহীগ চাং চপ মান্নমা ঙমহুনা থিংলগা থক্লবদি ঔসিং পোই, স্তুও ভাই।

(iii) মিং নাপু কাবী জোনদিস লায়নাদ চুঙৌগী মহী নোংমদা গ্রাম ৩।৩ থকপ কান্নবা সিদ-হীদাক্লি।

হান্নগী মখা

নুপীগী লাতম



# নুপীসিংগ চান্নব লায়য়েং মখলসিং

—খোংঙাম নিংঙোল ভাম্বোইবী

কংলৈখোল মমাংগী চেকোংদ এলোপেথি, হোমিওপেথি, এক্যুপংচর, নেচরোপেথি, অয়ুর্বেদিক, সাইকিক হিলিং, চিরোপ্রাক্টিক, মেদিকেল হার্বেলিজম, ওসতিওপেথি অমদি আইরিদোলোজি—হায়রিব লায়য়েং কাংলোন মখল ১০ অসি মসক তাকপগী ৱারোলসিং ফোংখ্রে। অসুক যাম্ব লায়য়েং মখলসিং লৌখৎচরুবগী মরমদি নুপী হায়বসিগী হকচাং কয়াংসিং অসি নুপাসিংগ থেম্নব য়াম্ন লৈ। পুন্সিগী হিংবম্মী মওং, ময়া-মোনগী মওং নুপাসিংগ থেন্নে। থাগী থোংকাপ তত্তুন লৈব, মচা মসু পোকপগী অহেনব থৌওচৎ হাপচিল্লকপ, চৎথোক চৎসিন অকা অপুন থব নাইব—অসিনচিংব কয়াস্ত নুপীসিংগী পুন্সিদ লৈ। মরম অদুন লায়য়েং মখল কয়া লৈরিবসি নৈনফম থোকই। মাইব দাক্তর থওনব থরতন নুপীগী পুন্সিগী অনা অয়েক হকচাং সোকচিল্লকপ কয়া কনব ওয় ওইথোক্কে। চান্নগদব লায়য়েং ভোতান ভোতান্ন য়েংথোকপ, অওয় লায়য়েংদ হান্ন থোওদাব লুসিল্লকপগী মতুং ইন্না লায়য়েং মওং হোংবনচিংব ইসা ইসান থওন হোৎনজগদব মরম কয়া অম লৈরি। নৈনব খুদোংচানব মখা তান লাতম অসিদ লায়য়েং খরগম্ব নৈনরি।

নিউরোলোজি—সিংলীসিংগী ওইব স্নুব, নোইব, তকপ, সিংপ, খুৎপব, ম্নানব, খৎপ, ক্লেম, চাইথোকপ, খোমজিনব অসিন মপুং ওইন চৎথব লায়য়েং মথল অমনি। হকচাংগী মফম পূম্নমক্ত সিংলী লৈ, সিংলীদ চেল্লিব ঈন হকচাং পুম্নমক লাগৎপদ মতেং পি। মরু ওইখ্রব সিংলীগী লায়য়েংবু নিউরোলোজি কৌই। ঈ চেন্দব, পংথব, সিথব, সোন্থব, পাঙ্গল সোনব, অহুল ওইস্নিল্লকপ কয়াদ লায়য়েং অসি হায়নিংঙাই লৈতন কায়ে।

পুকস্নুরোন—মালেমসিগী মফম অতৈ অমদ লৈত্রব তাঙখ্রব লায়য়েং কাংলোন অমনি-পুকস্নুরোন। হকচাংগী লায়না ১০০ গী ৯মুংদ ৯০ দগী হেন্ন পুক্নুগী হৌরকপনি। হকচাং পুম্নমক সেংন, মুংঙাইন থম্নব পুকস্নুরোনগী লায়য়েং অসি য়াম্ন মমল য়াম্মী। কংলৈপাক্নী তাঙলব থুদোল অম ওইন পুকস্নুরোন মুৎহন্দনব কন্ন হোৎনরক্লি। পুক্লিনগী মফম খুদিংমক সেংদোক্নুন, মপাঙ্গল পিন্নুন, পুক অমম্নুং থবাক য়াংলেন্দ লৈব কয়াৎ পুম্নমক মাগী মাগী মথৌ তৌহন্দুন হকচাংবু পুল্লপ পুম্ন মুংঙাইব পিব ঙম্ন য়াম্ন ঙক্কব পুকস্নুরোনগী কাংলোন্নি।

মিহুল কাংলোন—মিহুল-কাংলোন কংলৈপাক্নী লিরব লায়য়েংবগী পথাপ অমনি। মিহুল য়েংলগ অনাবগী মসক লেপ্প, চাং ওনব, অফ ফত্ত, সিব-চংব খঙই। মিহুলগী মবোল কায়বিবন্থ চুমথোক্নবনব হোৎনবগী কাংলোনবু, মিহুল-কাংলোন কৌই।

ইরাৎ চবালোন—ইরাৎ ইসোল, চাবান, থয়োম, অনম অথৌ কোকপ, লাইরোল তীল্লোন কয়াগী পাখৈন অনাব ফহনববু ইরাৎ চবালোন হায়ন তেম্ন খঙনৈ।

সাজেল কাংলোন—হকচাং সাজেল অমদি হকচাংগী নোংমগী অমদি চয়োলগী নত্রগ থাগী নত্রগ চহিগী নত্রগ পুক্সিগী চেকসিল থৌরাং কয়াগী পাখৈন অনাব লায়য়েংববু সাজেল-কাংলোন কৌই।

চাইনাগী কিগোং—চাইনাগী কিগোং হায়বসিসু হীদাক য়াংলম্ হকচাংগী সিলী নাউরী, কয়াংসিং হেমদোক্নুন মপাঙ্গল্ কলহল্লুনা, ঈচেল হেনগৎহন্দুনা লায়য়েংব পথাপ মথল অমনি

নৈনব— য়াংলেমসিদ লায়য়েংগী মথল য়াম্না লৈখ্রে। লায়য়েং থুদিংমক মাগী মাগী অফব সরুক লৈ। লায়য়েং মথল অমত্তা ফত্তে হায়দুনা খন্দাবনি ঙাই লৈতে।

অমরোমদ অমুক য়েংলগা লায়য়েং মথল পুম্নমক মতম মতম মপুং ফাজরে অতৈ অমগী মতেং চাংদ্রবা হায়বা ঙাংগদব অমত্তা য়াওদে। মাগী পনথৈ অনমন লেইন নৈ

অমুক হন্না পনব তোংদন্তু সিসানদ মাংকেমসিংগী অখণ্ড অহুম কনা অমত্তুনা লায়য়েংব চুমথিন্দ্রিবা অনাবা ফিবম থোকহনবা ময়াম য়ান উদ্রি। অখনবা অনাবা অম কোকইন্নবা পাইম্নবা হেৎজিক ফাওবা খংজবা কয়া লৈরি। হোৎনবগুমক তৌরিবা মাংগী পাকত্রিবা লায়য়েংব শরদব লাংলা কয়া মাললসিদ লৈরি।

লোখৎপা—নৈনব ফমিদগী ঐখোয়না খঙলে - (i) লায়য়েং থুদিংমক মাগী মাগী চায়জব অফব লৈ (ii) লায়য়েং থুদিংমক মঙ্গী মগী পনথৈ নাই (iii) লায়য়েং মথল অমত্তুনা লায়য়েংব ঙাকথিব ফাংলা কয়ামকম লৈ। মথাং অসিদ লায়য়েং থুদিংমক মাগী মাগী পনথৈ লৈবসিনা করিগুম্বা লায়য়েং মথল খর্দি অকক্লবা অনাবা অম ফংলবা হোৎনবদা নায়বদনা থুদোংথিবা লায়না কয়াদ ওহৈহিব ভাব. হেম মাঙকর্নিংঙাই ওইহল্লকপ য়াবেবি। অনাবা অম হেংবদ অনৌবা অনাবা কয়াসু হাপচিল্লকপ ঐখোয়না নিংনা উৎরগা নাকোংনা তারি। মসিবু কংলৈখোল্দ তেম "লাইথি" হায়রগসু খঙনৈ। লাইথি অসি হায়না চেকসিন্নিং চাই থেই।

(ক) অহুনদি পশুখৈ নাইব অমদি য়েংব শুবছেন্দ জ্র লায়না কয়া লৈবশিংগী ঐখোয়না মতম পুম্নমক্ক চুম্লগদব কন্নী মহুদি ঐখোয়না নাজবৈদ সাজেলন, চিংজাক, লমচৎ-সাজৎন অমদি পুক্নিং লাকপিনবন হকচাংবু লায়না কয়ামক্লমদগী কনব তাই। হকনাংগী মহুম ওইদনব হকচাংগী কাংলোন খর চৎপ তাই। পুন্সিরোন অম চেকসিন্ন চৎপ তাই। "পুন্সিরোন" হায়বসি অনাব লায়য়েংনবগী পনৈ ওইবত নত্তে অনাব চংহন্দনবগী ফরব কন্নী অমসু ওই।

(খ) লাইথৈ লাকপগী খুদোংথিব কৈব মরম থোক-মংব মুপী ওইবীগী হকচাংদদি লায়য়েং মথল পুম্নমক য়াওব চাং হন্নন শীদাক থাব ইংন তপ্ন মতম খর চংন অনাব য়েংব, চাথ, হাপ, তৌব, তুং কোইন সেংদোকচোগদব, খর হেন্ন কুপথন কয়াং শুন য়ংব ল য়াংং চংই। লায়য়েং মথল অসি কৈ অসি ক ত্ত হায়বগী মতুত য়েংবিরিব মাইন নত্রগ দাক্তর কবিরাজ নত্রগ কংলোন খওব অহুন লাইথৈ কৈহন্দনব তোঙান তোঙানব অতৈ অখণ্ড অহৈদসু রিফর তৌবিত্তুন তুং থিংন খওন য়েংবিবগী মথৌ বায় তাই। সেন্দাল লন্বীগীত য়েংহুন লায়য়েংলদি মাইব দাক্তর পুম্নমক ফন হৈরবসু মাঙননবগী মসক ডাক্তনি।

মী অমন নায়রিবংবু ফিংকুপ চিংকুপ্ত হীদক তম অনি অহুম চাউরাক চাউরাক্লা য়েংলগ ইসিনবন লায়য়েংবগী পথাপ ওইরবদি ফন হৈরবসু মী মাঙনরক্কনি। কমজেন চেন্নবসু খাম্ন য়াংকবসু পুক্নং চংদন চেন্নবনি য়াংব চৌনদে। খুদক্ক খর মুংঙাইহনব য়াব অহুগ তুপদি য়ম্ন মাঙলক্কদব হীদাক কয়া খুদক্কী সেন্দান মুংঙাইনব মবাল লৈজনব অনাব মীহুদ থাজিনবিব য়াওরি। অহুন লাইথৈগী চেকসিল থোরাং অনাবসু দাক্তর মাইবসু পুক্নিং চপ মান্নন চংমিন্নরবদি লায়য়েং অন্নাম্ব থরমথৈদি কায়গনি।

(ল) লাইথৈ থোইন লাক্লিংঙাই লৈতব লায়য়েং থর থন্দোকপ তারবদি। মীয়াম থঙনহিব মমিংসিংগী মতুংদ হোমিওপেথি অমদি অয়ুর্বেদগী লায়য়েং অসি পনব য়াই। কন্নিগুম শীদাক অম লাম চাস্নিন-থ্রবফাওবদ অনাবহুদ অমাঙ্ক অতা থোক্লিংঙাই পংলৈ লৈতে। লৈরবস্মু তাঙন থোকই। মহৌসা লাইয়েং (নেচরোপেথি), পুকন্দরোন, সাজেল কাংলোন, পুন্সিরোন অমদি সাইকিক হিলিং (পুক্লিংগী লায়য়েং) অসিস্মু মুপীসিংগীদমক্তদি য়াম্ম চম অযব নত্তন কত্তব লাইথৈ ঙমত্ত লাকদব লৈতব পথাপসিংনি।

রাবোইসিন—অরোইবদ থ্বায়দগী ফব হকচাংগী পথাপ অসিদি চিনজাক-সজেল-লমচৎ-পুক্লিং অসিন হকচাংবু হেক্লবদগী ঙাকথোকপ ঙম অসিদগী হেন্না মমল য়াম লায়য়েং অমমুক লৈত্রে হায়বদ কনানস্মু য়াদব লৈরোই। মসিদ চংশিনবসি সেল নত্তে, হোৎনব কনব, চাং নাইব হায়বসিনি।

ঙঙাইফদহুন লায়য়েংব তারবদি মুপীগী য়াম থোৎপ মেৎব হকচাং অসিদি লাইথৈ লাক্লোইদব অচম লায়য়েং চম্বন মতম পুম্নক্ক মায় পাকনি।

মতম চান য়েংহৌদহুন হেনাজিল্লক্লবদি ঙঙাই ফদন অকনব লায়য়েং চম্বরকপ তাবনি অদুনদি লায়য়েং মখলসিং অসিন ঙফ য়ম্ভ লেপ্ল য়াত্রে। নাবিব মী মী অদুগী ফিভম করম লায়য়েংদ য়েংগদগে হায়বদু লেপকনি। হোংনব কন্দব মীদি, চেকসিনব থিজিনব ঙাৎপ মীদি, অখত্ত অহৈ মনাক নকপ য়াংহৌরব মীসিং অদুদি মীওোন্দতা তাংদুন হিংব তাব মরম ঙনাব পল্লকপদ থুদোং থিগল্লি। হেনজিল্লবকাওব থঙদহুন লৈথোক্লে। মরম অদুন থ্বাযদগী ফব মতম পুম্নমক্ক থাদোকপিগদব লৈত্রব দাক্তরদি ঈসান থঙব য়াব মথৈ থঙজব অসিনি।

# কংলৈপাক্ত হীদাকমনা সিজিন্নরকপ

( World non-Smoking Day গ মরি লৈনন য়াম্না থুন পুথোক্লগদব লাইরিক "পুন্সিবু মাঙহন্লিব ময়াম্না কাবসিং" হায়ব প্রো: কাংজ্রীয়াগী লাইরিক্তুদগী তেনসিল্লগ লৌথোয়রকপ শরুক অম )

মালেম সিনব থুংনা সন্দোকখ্রব পাম্বী অসিবু কংলৈপাক্ত লৈরম্ব কা লৈচাসিংনা হীদাক+মনা (মনান মরু ওইনা সিজিন্নব + লায়:শংনব হীদাক ) ="হীদাকমনা" হায়না থোল্লম্মী। মসিং অসিন তাকপ'দ ময়েলহৌরিবগী কংলৈচাসিংদুন পাম্বী অসি ময়াম্-কাব ওইনা মৈথু থকপদ সিজিন্নখ্রিবগী মমাংদা লায়য়েংবদা সিজিন্নব হীদাক ওইনা থগুনরকই হায়ব সিনি। পাম্বী অসিগী মমুংদ মনান মরু ওইনা সিজিন্নরম্ব মংম্ন "হীদাক-মনা" কৌব ওইরম্ব তাই। হীদাক ওইনা সিজিন্নরম্বগী খুদম বয়া লৈ।

মৈথু ওইনা থকপ হৌরকপ অসিমু ক্রিস্তাফর কলম্বসনা আমেরিকাদ হীদাকমনা থেংনখ্রিবা আ: মমাংদগীনি। কংলৈপাক্কী ময়াম কংলাদ পাল্লম্ব নিংথৌ থংবী লাম্বাবগী মতমদমু লাইরেল কোল্লগ হীদাক মনা অম্বুবু তাম্বক্ত হাল্লগ থকপগী খুদম লৈরে। কলম্বসনা হীদাকমনা পুথোকখিবসি খ্রি: চহি রাম্ফ ১৫ সুব চহি চাদনি ( ১৫ সুব সেনচুরিগী মমুং )। থংবী লাম্বাব খ্রি: ১৬০২ দগী খ্রি ১৬২৪ ফাওব পাল্লম্ব কংলৈপাক্কা নিংথৌনি। মাগী লৈম ওইননব মোইরাং নিংথৌগী মচানুপী যোইংবন তোমপোকপীবু হায়রুই, পিরক্তে। মহুগীদমক মোইরাই নিংথোগ লাকম্মু সোক্লখি।

মতাং অহুরাইদ মোইরাংগী খগ্ন থোইবীগী য়াম্নী অসি থোকখিবনি। থোইবীগী মতমদ মোইরাংদ মী অতৈন কোয়্যরবপদ হীদাক হাল্লগ লানব চংনরম্ম। অতৈ অতৈ থৌ:থাক কংদমু মরুপ মপাং লাকপ, পাংংনে

লৈশাবী কোয়র লাকপ, অহল লমল হায়ন সীংনব লাকপদ হীদাক হাল্লগ ওক্লবসি য়ায় লিরব মতমদগী চৎনরকই। লান কাখল অনি নাইন কোল্লগ লাবৈ কোনব অমদি হীদাকমনাগী মৈথু থক্লমবগী তোপতোপ্প মওং অসিদি অতৈ মফমদ চৎনবগ খেৈন্ন।

কাংচুপ সিজিন্নহুন হীদাকমনাগী মৈথু থকপ অসিসু ইংলেন্দ লৈপাক্ত চৎনরকখিব মতম অহুরাইদগী কংলৈপাক্ত চৎনরক্লে। চৈথারোল কুম্বাবদ ইরি—"মোইবুং লোকপম ময়াংগী কুম সক ১৫৩২ কবোলৈমা সনাপ্‌বী চংখিএ। লাইথিংথৌনা নুপীবু নোংনীং-খোই চীলহন্দুনা তেল কাপতুনা য়ু থকনৈএ। .. ... কাংচূপ হীদাক থকপাসুং অহুইঙৈ হৌএ।" চৈথারোল কুমবাবদ পল্লিব কুমসীং অসি খ্রিস্তগী চহিরোম্দ ১৬১০ নি। মতম অসিদ খাগেম্বন নিংথৌ ওইহুন পাল্ল। খাগেম্বগী মতমদ কাংচুপ সিজিন্নহুন হীদাকমনাগী মৈথু থকপ অসি হৌরে। হৌজিক ফাওবদ অশুন অথৌসিংন সিখিবগী মোংকমদগী হীদাক থক্লব ক্বাংচুপ অসি মসীং যাম্ন থেংনৈ। "সতীং সাকোক' পুযাদসু কাংচুপ মমল যাম্ব ফুমহুন থনম্বগী য়ারী য়াওরি। হীদাকফু মহী হাপ্পুন হীদাক হাল্লগ থকপ, মনাম কোল্লগ থবপ, মহী অতিংব (নিকোতিন য়াত্তর) সিজিন্নব অমদি মনা ওইন উম্ব, সুন্নু তৈরগ হীদাকনা উম্ব অসিনচিংগ মওং কয়াদ কংলৈচাসিংসু য়ায় ঙল্লিঙৈ মতমদগী সিজিন্নকই।

ময়ায়-কাব ওইন হীদাকমনাবু সিজিন্নরকখিব অসি কালৈবু হীদাক ওইন সিজিন্নরম্বদগী কোম চুখিহুন (এদিক্ত ওইরক্লুন) ময়ায়-কাব ওইন থক্লরকপদগী কাংল য়ুকু 'হীদাক" কৌহুন "হীদাক থকপ" হায়ন চৎনরকখিব অহুগুম্বনি। মতম সাংন হীদাক ওইনবকপ য়ারী পোম্বদ থোম্নরকপ, য়া নাবদ হীদাক ওইন উম্নরকপ, য়া তীল চংবদ থোম্নরবপ,

কোক চিংপদ হীদাক ওইন তৌনরকপ, মহীক তানথোকপদ হীদাক ওইনরকপ, তৌল-কাং মপাঙ্গল সোন্থহনব-হাংপদ হীদাক ওইন সিজিন্নরকপ—মৈথুন মতম সাংনা কাংমৈ থুরকপ, খোনজেল সেংই হায়দুনা উন্নরকপ, অপোম্ব মফমদ থোন্নরকপ, অসোক অপন্দ থোন্নরকপ পুম্নমক অসিদগী ময়ায় কারক্তুনা থাদোকপ ঙমত্রব হৈনবী ওইরকখি। অদুবু পাম্বী অসিগী মনা অদু হীদাক ওইন সিজিন্নরকপদগী চুখিব মরম ( এদিক্ত ওইখিব মরম ) হান্নগী হৌরকপগী মমিং অমম্থং মথৌ অদু লৌহনা ঙসি ফাওব "হীদাকমনা" কৌনরি। থোরাং তৌববু "হীদাক হানব" হায়নরি। মৈথু অদু থকপফাওবদ "হীদাক থকপ" হায়না চৎনখ্রিবসিনি।

হীদাকমনা বৌরম্বগী অচুম্ব থুদমসিং চাংদম্নব— কংলৈপাক্ত থায়নগী কংলৈচাসিংনা "হীদাকমনা" হায়না হীদাক সিজিন্নব পাম্বী অসিবু মমিং থোন্নম্ব অসি মালেমসিগী হৌরক্লোন কয়াগ চাংদম্নবদ অচুম্বনি হায়ব খঙই। আমেরিকাদ রেদ ইন্দিয়ানসিংনসু পাম্বী অসি হীদাক ওইনা সিজিন্নরম্বদগী ময়ায় কারক্তুনা হৈনবী ওইরকখিবনি।

ফ্রান্সকী মাইনসিংনা হীদাকমনাবু হর্ষচাং কামখৎপদ, অনাব ফাওব মৈচাক ফাওবা হকচাংগী সরুক্তদ অমদি অসোক অপনগী মফমদ হীদাক ওইনা লায়হেংনরকই। ফ্রান্সকী মমিং লৈব জিন নিকোৎকী চাংয়েংদ হীদাকমনাবু কোক চিকপগী হীদাক ওইনা সিজিন্নরম্মী। ইংল্যেন্দগী বিলিয়াম বর্কলিনদি হীদাকমনাবু মরম অহুমদ অফব হীদাক্লি হায়রম্মী। মরম অমদি সা-ঙা চাননবগীদমক চাকথাওবু হীদাকমনানা মওং তাহল্ল হায়বসিনি। অনিম্সুব মরম্ম হীদাকমনানা মীওইবগী খোনজেল সেংহল্ল, তোবেল কোদ সেংদোকই হায়বসিনি। অহুমম্সুব মরম হীদাকমনানা হীদাক ওইনা সিজিন্নবনা মীওইবগী হকচাংদ নিংসা হোনবদ মনম সুংসিহনব পি হায়বসিনি। হায়রিব মরম অহুমসিদ বিলিয়াম বর্কলিনা হীদাকমনাবু থাংগৎ-

লম্মী। ইউরোপকী লৈপাক কয়ামরুমদ হীদাকমনা অসি হীদাক য়োনবম কয়াদ হীদাকীদমক য়োন্নরম্মী।

নোংপোকলমগী লৈপাক কয়াদম্ হীদাকমনা অসি হীদাক ওইনা অনাব কয়াদ সিজিন্নরকই। মহীক হাৎনবগী হীদাক ওইনম্ মকম কয়াদ সিজিন্নরকই। অদুবু পাখী অসিমকী মমিং "হীদাকমনা" হায়না মিংথোল পিরম্বদি সুপ্নগী কংলৈপাক লমদম অসিখক্তনি।

## হীদাকুগী হ্‌ওম্নকপ

হীদাকমনাবু হীদাক ওইনা সিজিন্নরম্বদগী ময়াম্ কাব ওইনা পাকরুন সিজিন্নরকপদগী ওসিদি মালেমসিদ হ্‌থকপগ চপ মান্নরক্রে। মরমদি হীদাকমনা অসি মরম চাদন সুংতিগী সিজিন্নরকপ, হৈনবী ওইরকপ, খাদোকপ ওমদন হীদাকমনাগী মৈথু অমসুং মপং সিজিন্নবগী হৈনবী ওইরকপ ময়াম্ অসিন হীদাকমনাদ য়াওরিব হ্‌গী মমক ওইরব পুক্সি মাওনিংঙাই ওইব মচাকসিং অসি মীওইবগী হকচাংদ কাহেন্ন পৈসিল্লক্রে। হ্‌সিং অসিন মীওইবগী হকচাংদ লায়য়েংব য়ারব লায়না কয়া পকহল্লক্রে, পুক্সি কয়া হাৎপ হৌরক্রে।

## হীদাকমনাদ করি করি য়াওরিবগে—

হীদাকমনা অমদি হীদাকমনা মৈ চাকপদগী থোরকপ মৈখুদ পোৎচাক (কেমিকেল) মখল লিসিং অমগী ময়াদ য়াওরি হায়বসি হৌজিক্তি খঙনরক্রে। পোৎচাক লিসিং অমগী ময়াদ য়াওরিব অসিগী মমুংদগী পোৎচাক মখল ২৭০ দি য়াম্ন ওক্লিডৈ মতম্বদগী সকখঙ্গল হায়রুন দাঃ ও, পি, জাগী এম, ডি, পি অইচ, ডি, এফ, সি, সি, পি, (ইউ এস এ) মসামক্ন মসান ইব "তু স্মোক ওর নোৎ তু স্মোক" হায়ব ১৯৭৫ দা ফোংব লাইরিক য়ায়োল পিরি।

হীদাকমনা অমদি মতোন্দগী থোরকপ মৈথুদ য়াওরিব পোৎচাক (কেমিকেল) ময়াম অসিগী মরক্তগী তসেংন মীওইবগী হকচাংদ হু ওইরিব লায়না কয়া পোকহল্লিবসি তমথিরব পোৎচাক মথল অসি ১৮ শুই হায়ত্তন দাঃ ক্লিফোর্দ আর, এন্দরসন এম, দি, না মাগী "ইয়োর গাইদ তু হেলথ" হায়ব ১৯৬৭ তা ফোংব লাইরিক্ত কুপ্ন নৈনরি।

ইন্দিয়ান কেন্সর সোসাইতিন কুপ্ন খিজিন্নব তুংদ হীদাকমনাদ য়াওরিব হু মথল ১৮ অসিগী মনুংদগী খ্বায়দগী সাথিন হকচাংবু মাঙহল্লিব কনব হু মথল ৭ খন্দোক্তুন চেকাসল থোরাংগীদমক মীয়ামদ লাউথোক্তুন থঙহনখ্রে। খনগংলব খ্বায়দগী হন্ন মীওইববু মাঙহল্লিব হীদাকমনাগী হুসিং অহু মথাগী সং অসিনি—

(i) কার্বোন মোনোক্সাইদ
(ii) নিকোতাইন
(iii) নাইত্রিক ওক্সাইদ
(iv) নাইত্রোজেন ওক্সাইদ
(v) হাইড্রোজেন স্যানাইদ
(vi) আর্সানিক অমসুং
(vii) তার।

মথক্কী হু মথল ৭ অসিগী মনুংদগী হীদাকমনা সিজিন্নরব মী অহুদ চুসিনহল্লিব, থাদোকপ ঙমহনখ্রিব (এদিক্সন থোকহল্লিব) খ্বায়দগী কনব হু অসি নিকোতাইন অসিনি। নিকোতাইন অসিগী ড্রোপ হংখাই (½) অমন মী অমগী হকচাংদ ইলাই লাইন হু কাহনব ঙম্মী। নিকোতাইন হু কাবকপ মতমদ অহানবদ ওনিংলক্কনি, কোক ডাওরক্কনি, মিৎ তন্দন পাইবক্কনি, তসেংন ৎরক্কনি। ডা অচৌব অমদ নিকোতাইন থক্তিজংন থবায় মাঙহনব হাৎপ ঙম্মী। মীওইবগী হকচাংদ নিকোতাইন থক্তিকথক চুক্কং বিরি থকপদগী ব্লদ প্রেসর য়াংখৎহল্লি, মিহুল চোংবগী মসীং হেনগৎহল্লি মমৈদ অরাম থোরাংব হাৎলকই। নিকোতাইনগী চাং থরদং হেনবদ ওতোনোমস গাঙলিয়াগী সরুক পংথব (পেরেলাইসিস) থোকহল্লি।

# জে, এন, মনিপুর দান্স একাদেমিগী

## "বব্রুবাহন"

মেগী চৈচেং ৩০, ১৯৮৮ ইংদ জবহরলাল নেহরু মনিপুর দান্স একাদেমিন পুথোকপ মনিপুরগী গোভর্নরনবু হৌদোকপগী থৌরমদ অথোইব মীংথুং ওইন পাউকংদ লিখিব "বব্রুবাহন" কৌব জগোই-কুমহৈ (দান্স-ড্রামা) অম একাদেমিগী হোলদ উৎখ্রে। "বব্রুবাহন" হায়ব জগোই-কুমহৈ অসিগী ব্রারী ইথোকপন প্রকাস সিংহনি, স্তেজম্মু প্রকাস সিংহন সিল্লাই। কোরিওগ্রাফি অমসুং লমজিং পিবন চাউ-তোম্বা সিংহনি।

ইসৈ-কুমহৈ অসিগী ময়েক পুথোকপদ লন্দিং তুমিং, মীংক অমসুং থৌদোকসিংতু থোকহল্লিব ফুরপ অম্ম মসক লায় তারম্মগন প্রকাস সিংহন মরাল পুম্মমক অদুগী মপুনি। অচুম্ব ওইরম্মগন প্রকাস সিংহন মহৈ পুম্মমক ফংভফম থোকই।

অফব সরুক—জগোই কুমহৈ বব্রুবাহন অসি য়াম্ন ব্রান হোৎনহুন পুথোকপনি। হোৎনবগী অচৌব মমি ভাই। মদুগীদমক থাগৎনিং-ভাইনি। জগোই, ইসৈ, মীতৈগী থাইনগী চৎনবী, নিংথৌ কোম্নুংগী হৌনবী, হস্তিনাপুরগী মাইল লিসিং কয়া লাপথ্রব মতমদুদ মসক শুকখু খভনরমদব মী কাংলুপকা চৎনবী—ময়াম অসি চুসিন্নহন্নব, চাসিন্নহন্নব অসিমক হোৎনবগী অচৌব সরুকনি। পুথোক্লিব পোৎথোক অসি তসেংন ফজরব জগোইন মগুং ওইব ব্রারী অমগী সরুকনি।

প্রকাসন খুমফম থোকপ রাহং থর নৈ—পুথোক্লিব "বব্রুবাহন" হায়ব ব্রারী অসিদ প্রকাস সিংহন খুমফম থোকপ রাহং

থর লৈ। (i) রাবী অসিদ মীতৈ লানমীসিংগ আর্জুনগী লানমীসিংগ লান থেংনৈ। (ii) অর্জুনগী মচা মুপা বব্রুবাহন হায়রিবাস মীতৈ মচা অমনি হায়রি। (iii) চিত্রাঙ্গদা অসিন মীতৈ মুপী, মীতৈগী নিংথৌ মচানুপী অমনি হায়ন প্রকাসন হায়রি। (iv) অর্জুন লান্দারিব কোম্মুং অসি মীতৈগী চৌজিক ও সুব আসাম রাইফলস লৈরিব কংলা অসিনি হায়রি। (v) কুমহৈ অসিদ অর্জুনগ বব্রুবাহনগ লান সোক্লখিব অসি মীতৈগী মীহৌরোন (ইতিহাস) অমনি হায়রি।

হায়রিব রাকমসিং অসিবু প্রকাস সিংহন মহাভারত তসেংন য়াওরে হায়দুনা মতিক চান থুংনা পিব ওয়গদরা?

চন্দ্র সিংহ, গৌরকিসোর সর্মা অমদি চন্দ্রমনি সিংহন অর্জুনগ লান থেংনরিব মীতৈ লানমী সারিবসিবু মহাভারত মীতৈগ অর্জুনগ লান থেংনখিবগী ম্লোক্রচিংব পিব ওয়গত্রা?

সোমোরেন্দ্রসিংহন সারিব মীতৈ কংলাগী অওব অসিবু অর্জুনগী লানদ য়াওই হায়বসি মহাভারতকী করম তাংকক য়াওরিবগে?

মীতৈ নিংথৌগী মরক্ত ইহান হায় ময়াং মরোলন ম'মিং ওস্থোকখিবসি পামহৈবন "গরিবনিৱাজ" কৌখিবসিন অহানবনি। মসিমু চহি ২৫০ রোমতমক ভাইরি। অহুবু চহি লিসিং কয়াগী মমাংদ মীতৈ নিংথৌ বব্রুবাহন কৌব সংসক্রিং লোলগী মিং থোনব পাল্লমী হায়বসি করি পুয়াদ যাওরিবগে?

মীতৈ নিংথৌগী মচা মুপী অহলবু ভক্তাসনা কৌদহুন "চিত্রাঙ্গদা" হায়ন সংসক্রিং লোলদ কৌরম্রিবসি মায়চৌ কনান ইরম পুয়াদ য়াওরম্বগে?

মহাভারত ইব মতমদ কংলৈপাক অসি ভারতকী মরুং চন্নমদে। অহুবু অর্জুন সগোন কারিবসিদি মহাভারতকী মোকী মতুং ইন ভারতকী

মহুংদনি, ভারত লাহোকুন চৎপ্রগ অতৈ লৈপাক্ত লাম্মাকই হায়ব য়াওদে। মতৌ করম প্রকাস সিংহন-ভারত লাহোকখিদব, অর্জুন্ম ভারতকী য়াংমদ লৈব মতমতুদ কংলৈপাক লাকুন লাল তৌহল্লিবনো ?

অরিব ভারতকী মেগুদি—মহাভারতকী মনিপুর অহু ওরিসাগী মহ্ন'দ লৈ মহেন্দ্র পর্ব্বতকী মনাক্ত লৈ। মহেন্দ্র পর্ব্বত অসি হৌজিকসু ওরিসাগী খা নোংচুপ থংব মরুক্ত লৈরি। মতমতুদ কংলৈপাক্ত লৈরিব মফম অসিমু ভারতকী অথও অহৈসিংন "স্বর্ন ভৌমক" "মনালৈপাক" কৌরম্মী। মতমতুদ কৌরম্ব স্বর্নভৌমক্ত অর্জুন চংখি হায়ব স্লোক অমত্ত মহাভারত্ত য়াওদে। "সংসক্রিৎ-ইংলিস ডিক্সনারি" হায়ব ম্যাগেমসিদ মমিং লৈরিব লাইব্রিক্ত ইরিব ওরিসা লৈপাক্ত লৈব থায়নগী লৈপাক মনিপুর হায়বসিদ বব্রুবাহন কোব নিংথৌ পাম্লম্মি হায়হুন ইরি। মতাংসিদ ওরিসাদ মীতৈগ অর্জুনগ লাল থেংনখিবমী য়া অসি কনামত্তন খণ্ডদব য়ানি। মসিবু প্রকাস সিংহন ইহেন হেন্ন খড়ংন ওরিসাদ মীতৈগ অর্জুনগ লাল থেংনখি হায়দদবনি হায়হুন মৌন সেমদোক্লাদোবিব্রা ? মতু মায় পাকদোরিব্র ? মাথখিগদোরিব্রা ? হেক হৌরকপদগী ঙসক্লাওবগী নিংথৌরোল মথং মথং লৈরিব অসিদ ভুকয়াও য়াওরমজ্রব বব্রুবাহন, চিত্রাঙ্গদানচিংবু প্রকাসন মীতৈগী নিংথৌ-রোলগী পরিংমক্কি হায়হুন জগে।ক-কুমহৈ অসিদ উংলিবনি থম্মোয়মক সেংন ভৌরিবগা ? পূকচেল পিক্ক পুম্মা মৈ থাম্লিবসি মীহৌরোল হাং-ভোক্লবনি, মীহৌরোলদ মীনমত্তন পংই ইদিম্লগ পাংসেন সেমজিল্লগ কংলৈচা য়ম্লাম অসি উংচ ইব ওবগনি খন্দুন্ন মীহৌরোল অমবু সবাক হেক্ক কাক্কুন সেগাইব পাবগী ইথিল অমুমক প্রকাসকী মমাদ য়াওহুন ভোগে হায়হুন ভৌরিবরা ?

য়াহং কয়া অম প্রকাস সিংহন মরি মরি হংনিংব লৈ। ভারতকী চৎনপথাপ (কনভিচ্যুসন) অসি লৈত্রিবৈদ কংলৈপাসিংবু নমথব য়াব

[illegible] নীলাম্বর হেক্ত উৎচাবহন সেমজিনখনি খুল্লিবন্থ রাখল চেংগ তকপ মতে। [illegible] খুৎলেমগী এপাংখোক্তি মচুম ফৌরোন রোনগী সরুমচ নাত্ত গ্রায়বগ্রি চেৎনমিতাই টৈত্রব অচুখনি।

(ii) অর্জ্জুন্ন কহৌমগী লখীদ চীংলোন কমা লাম্দুন চলকখি বনো হায়বন্থ প্রকাসন পিব তন্নেই। করম্ব চীং লখী। অর্জ্জুন [illegible] থিবগে পুথোকপ তম্লোই

মাতৈগ অর্জুনগ লাল সোক্লখিবে— 'বক্র সুন্দ [illegible]' নুম্ব তাগ অসিদ বভ্রুবাহন লৈরম্ব মণিপুর অহ্ ইহুন থাক্তি। মরম অদুদি মহেন্দ্র প্রর্ব্বত চা সাংগী মনাক্তনি।

বেঙ্গল তেক্তিকেল ইন্সতিচ্যুৎন পুথোকপ "পৌরাসিক ভারতবর্ষ" অহ্দ বভ্রুবাহনগী লৈপাক মনিপুর হাবরিবন্থ ওরিসাগী নাকথি অমর থিন্দুন তারু। মহেন্দ্র পর্ব্বতক মহাভারতত পরিব মনিপুর হায়রিবর লম অত্তুগ দুকথা থাদোক্লব লৈরোই। ভারতকী অথক অহে করান মনিপুর অহ্ খঙবত্তুন প্রকাস সিংহন ঐথোয়গীসিদ লৈরে হায়ত্তুব অক-পিংগী রাকম ওইরগন, প্রকাস কয়া মায় খঙলব হৈরব মীনো থরুব থৌব তারে।

মতুংদদি চ্য পুথোকপ ফগনি— লানখিমন লানগ্রে। মতুং-দদি অর্জুন, চিত্রাঙ্গদা, বভ্রুবাহনগী রাক্মী অসি চুম পুথোক্লবদি মীমাং থোকপদ মায় পাকনি। অমুক কম হোৎনবিরিবসিগ মীহৌরোন সেম-জিন্নকপগী রায়ী ওইহনরিব অসিগ রায় থাক লৈননি।

মীহৌরোন সেমজিন্দুন দাকা একাদেমিন মীতৈ মচাসিংবু অর্জুন পোকপনি, অর্জুনবু মীতৈসিংগী মবুধৌনি হায়সিন্দুন মীয়াম্ মীংনব ওবগী থৌনা মুথোক্লিবসিদি, মহক মীয়াম্সু ইকাই খুম্নব কোংদোকপিত্তুন



# মুৎসিল্লক্রব কাংলোনসিং করম্ম হিংক্লব হোৎনরকপগে ?
## ( ৮ সুব সরুক )

পুখোকচব—
সলাই কাংলোন সিন্দমসং

কংলৈপাকী অখণ্ড অহৈ অহল লমল কয়ামরুমগী মকমদ ঐখোয়গী সলাইপুরেল উজা কাংজীয়'ন তোযন চত্তুন কংলৈরোলগী মুৎসিল্লক্রব কাংলোন কয়াগী লৌখুল সং খাণ্ডগুল লিরকথি। অহুগুম্ম মমল য়াম্লব থিজিনবগী সাংলব খোঙজং অসি সলাই কাংলোন সিন্দমসংন খণ্ড-জনিংডুন মথং মথং হংজে অহুগুম্ব য়ায়ী সানবগী অপৌব সরুক খর ফুংলমচৎকাদমক কাংলোন সিন্দমসংন কংলৈখোল চেকোংদ মতেক মতেক হাপখ্রে। কোংদোকপ অসিগী ৮ সুব সরুক চেকোং অসিদ লানখোকচরি। ৮ সুব সরুক অসি লৈথিদ্রব মায়চৌ থোকাচানবগ ঐখোয়গী উজা পুরেন্দগ লোয়নরকপগী সরুক মতেক অমথক্রনি।

কৈচা চাউবা — পাবুং থোকাচানবগী অরোইব য়াথল করিনো হায়বগী মতাং তাজবদ পুক্লিংদ থুক লাউব অম ফাওজে। মতাং অসিদ হংজনিংব অম লৈজ্ঞব। ঐখোয়গী মরু ওইব্রব লাইফম কংলা অসি ঐখোয়ন নিংতম্ম চংথোক চংসিন তৌব য়াদব মতাংদ থমখিব অসিদ খণ্ডব য়াব কয়া খণ্ডব ওমজদে! পাবুং মায়চৌন তাইবংপান্দ লৈবিরিউদ কংলা লাইফমগী মতাংদ তাকপিরম্ব য়ায়ী খরদং তাজনিংই।

পাউথুম— চুম্মী কংলা লাইফম য়াম মরু ওইব্রব তংন থানব য়াত্রব মফম অমনি অহুবু ইনক নক্র মী অয়াম্বন খণ্ডনজে। মসি চংব থুদোং



## হোয়েলজেলগী অঙকপ চীনজাক কাংলোন



অেমরিক হোয়েলজেল চীনজাক কাংলোন (সাইবেতিক্স) শিংথিন অঙবা চিকাগো ইউনিভর্সিতিগী মক্লাইরব মুপামি। অে: হোয়েলজেল ইউনিভর্সিতি ওফ চিকাগোগী ফিজিওলোজিকেল দিপার্তমেন্তকী মমিং লৈব মেথরনি। মহাক অঙক অঙকপ চিনজাক কয়া চাই।

হোয়েলজেলগী অয়াম থোরাং পোক্লকপ মতমদ মৈতাপ চাসিল্লি, হৈ মনম নব লসিংগী লং মতুম মতুম চাসিল্লি, লুপাগী মরী চাসিল্লি, সনাগী মরী চাসিল্লি, স্তিলগী বোল বিযারিং চাসিল্লি, লিক্রি মথুম থুমব চোংথাং মায়হুন চাসিল্লি।

অরিত্তব মতমদ লায়ক্রব মতমদ হোয়েলজেলন কোক্ত চৌব সম চাসিল্লি, সাবত্তু চাসিল্লি, উঃচেক মতু চাসিল্লি, কয়লা মকুপ তকথায়রগ চসল্লি, কৈথোম যাংবব থিংকপ চাসিল্লি, মুঙ মথল অমদগী কংব এবিস্তোস চাসিল্লি, মিনমিনগী মকক য়াওবব মেস্নেকেন চাসিল্লি, সাইলিয়ম বকগী মকু চাসিল্লি।

হকচাং কয়াংকী অথঙ অহৈ ওইন মমিং চংলিব অে: হোয়েল-জেলন চাব পোং অঙকপসিং অসি মসাং থিঙমদন লৈরে। মালেমসিগী মায়াইদগী হেন্না সাংন চবা হেনবগী চেজল (রেকোর্দ) অমসু হুমিং ৪১ নি চুপ্প চিনজাক য়াওদনা লৈহন থপ্প ঙমরে। মসি "হোয়েলজেলগী অঙকপ চীনজাক-কাংলোন" হায়না মালেমসিদ মশকথোকখি।



Members of the Editorial Board, KANGLEIKHOL

1st Row (Left to Right): Th. Khoinou khunthouleima, M. Nongleima, Th. Nganthoibi, Y. Kangleima, Ch. Chaningkhombi ;

2nd Row ( L to R ): P. Ngangombaninghthem, Kchaobi, Ng. Kangjia, Y. Thoibi Leima, K. Iboyaima,

3rd Row ( L to R ) : B. Khunjaoba, M. Chingultembe, P. Tomcha, Ch. Khumanlemba, A. Tomcha ;

4th Row ( L to R : ) Kh. Samu, K. Thoiba, H. Manglemba, Kh. Ngamba, Kh. Leisemba,



সিন্দম্লোই অনিন মায়:চৌ থৌকাচাংবন
থিজিন্দুন তম্বীরম্ব "থোঙহাম ফিথুপ" কী
কাংলোন অম সক্কমদ উংলি।

চাদবন অয়াব অপনব ওইবননি। মরক মরক ঈরায় ইবুংঙো মায়চৌ লৈরিবৈদ ঐগ লোয়নন ৪মুব আসাম রাইফলস মযুংদ লৈগ্রব কংলা লাইকমসিং অসি য়েংব চংখি। য়াম্ন মরু ওইব্রব রাগী-কয়াম্ন. লিবিরম্মী।

ক'লাগী মযুংদ খা-খোং, লাই খোং, মালংখোং হায়রুন লাইগী খোং ৩ লৈবিবসি য়েংহৌই। খা-খোংগী মরীল অসি পুরৈরোম্ব খা খোংগী মরীল অসি পুরৈরোম্ব খোংনাংখোংগী মোংপোক থংব মপা ওইন চেম্লোয়কই। খোংলম অসি হৌজিক ইফুন ফুনজিনবন থিবদ য়াম্ন বারে। মপা লাকে হায়রদি কোম্মুং কাওহুন চৎলিব ভখেলখোং মরীল অসি মপা লাকুন থিরগ চাউরাকপ মমি খরদি কংব ঙমখিগনি। লাই-খোংগী মরীলদি থিংজিনব তৌহৈদে হায়দুন লৈপাকী লম্বী খোং সেম-গৎপগী থৌরাংদ পি. দম্রিযু, দি মমাং ওইবপ্প উকু অচৌব অম পান্দুন মফম মুংহন্দন হৌজিকসু থম্লিংসিনি। মালংখোং ময়াম্ন মরোং-খোং হায়ন খঙনরিব অসিন নিঙাই-পাৎ চিংথেক মপা ওইন মেনসিন্নব তৌহৈদে হায়দুন উকু লুকুন মরীল অম থাইদোরক্লিব অসিনি। মসিন অসুম মপা লাকে হায়রবদি ইম্ফাল ইলেকত্রিসিতিগী সংলেন নাকন্দ নম্বুন তুরেলদ তাররিব মবিল অসি য়েংন চৎথৎলগ উগনি।

হৌজিক লাইগী ঈশিং সোকবদ মপা ঙেংহুন তৌনরি। মম্নুংদ লৈব ফুংজং ঈকোন অসিগী ঈরম ময়ামগী মরু অমনি। খোংলম ৩ গী মথক্ত অতোম্ব খোংলম ৪ অমসু লৈরি হায়দুন তাকশিবম্মী। অতৈদি লিলহা-খোং, ফিসু খোং, চলোই-খোং, য়ামগী-খোং অসিনি। অয়াম্ব মখি মুংসিল্লক্রে। লাব-খোং হায়দুন মফম অমসু হায়বিরম্মী। লাব-খো দি নাংহুমসং অমম্নুং হী য়াই পুঙ অনিগী ময়াম্ন ওইব মপাদ লৈ। লাব-খোংগী কোবরু ওইরগ্ন লাইরেম্বী ৭ কী সংগাই যুরেকম লৈ। যুমফম, থুপকম, পুং, খোঙ, সং, ঈকোন, কাঙ উপাম্বী কয়াগী মফম ১০০ হেম্ন লৈ হায়রুন রাখী সাবিরম্মী।

প.চা ঙাঙোম্ব নিংথেম—উজ্জা পুরেলন পনবিরিব "পুঙ" হায়বসি মওং করম ঙৌবনো, কর্ম্মা য়ায় লৈবগে হায়বসি য়াম্ব খঙ্জনিংই। শাউথুর্ম—ঈমাম্ব মায়চৌগ চংদুনি য়েংখিম্বব মতমদুদ "পুঙ" খরা লৈরম্মী। "পুঙ" হায়বসি করিগুম্ব মপু ওইদুব লাইফম নত্রগ হী-রাইগী মফম, নত্রগ মক ওইব থৌর্থোক থোকখিব মফম, মতম কুইন খঙনদ্রৌবব লৈপুং ওইন থোম্নুন খৌরম্ব মফমনি। পুঙসং অসি মহৌশাগী অহুম লৈরক্লবস্ক হাওরি।

পুঙ মফম য়ামগ্রে। খর পল্লবদ — সজিক-পুঙ, খাক্কি পুঙ, তাউ-লোইনাই-পুঙ, সনা-পুঙ, মিরেল-পুঙ ঈ পুঙ, মিতম-পুঙ, হুংসিং-পুঙ মৈ-পুঙ, ঈসিং-পুঙ, হুংলেল-পুঙ, লিদ-পুঙ, হী য়াই-পুঙ, হুমিং-পুঙ, রাকোন-পুঙ — অসিনচিংব য়ায় লৈগ্রে।

পুঙসিং অসিগী মথক্ত খর হেম্ব চাউব পুঙ ময়াম পাবং লৈবদ মথক কান য়েংকী মায়কৈ পাংন লৈব মফম অমবু "চৌঙ" হায়নস্ক কৌরম্মী। পুঙসিং অসিগী অথোইব পুঙবু "মৈলা-চৌঙ" হায়ন কৌই। মৈলাচৌং অসি "চৌংস্থ-চৌংচাউ" হায়নস্থ পুয়াদ ইহুন লৈবস্থ ঈমাম্ব মায়চৌ অসিন নোংম ফাকতোকুন উহনবিখি। কংলাগী লাইফমদি য়ায় য়ামগ্রে।

চন্নু কংলৈমা—য়ায় খঙজনিংব অমগ লৈরে। উজ্জা পুরেলন ভাকপিব অসিদ পুঙ, থোঙ, চৌঙ, কান, থোং, ঈকোন, হায়দুন মক ওইন পনবিখিবসিং অসিগী মহুংদগী পুঙসিংগী অথোইব থোঙগী মহুংদ খ্রাইদগী অথোইব, চৌঙগী মহুংদ কানগী মহুংদ থোংগী মহুংদ ঈকোনগী মহুংদ খ্রাইদগী থোইবদিং অদু কন্নি করিমি হায়ন প.বুং মায়চৌন তিখিরবগে?

মথাদি অমাই ২৯৫৩. মা.

# সন্নাই পানা সিন্দ-সং

## ( সিল্লম পরেং সেম্বদ মীয়ামগী পাউতাক )

## থাবিরক্লবদুবা অরোইবা চৈচং—জুলাই ৩১( ১৯৮৮ )

"সনাই পানা সিন্দমসং" পুমনো নোব মথলশী মহৈ ভয় চৌগৎ-লগদব ভক্তমদংনি। সনাই পুক্তিফমগী পুমনো চৌব থোঙথাক্ৰলনি। সনাই পানা সিন্দমসংন নৌরিব সিন্দমলোয়সিংবু লমদম আনশী লৈহাক্তা চাৱন থক্ত স থাসি ভাক, মালেমসিংগী মহৈ ভখগী থাক য়াংখংলক্লিব ঈহৌবু খুহুং ঊত, মহৈ হৈবগী কংফম থোকপ মহৈ চপ চান ফংহনব ভয়নব কংথোকপগ লোয়নন সিন্দম পিনববগীদমক মেম সারি। মসা-মউ ফন, মতীং লৈন, ঈসাগী লক্তম ভাক্ত মহৈ হৈকক্ষবগী ইহান লানব থোঙথাংনি। কুকপ অমগী ভুংগী য়ুম্বীরেল ওইহৌগদোরিব মহৈরোয়-সিংবু ফত্তব মথায় কাব চিনক্লাকশিংদগী লাম লৈহৃন মপুং কাব পুন্সি অমমম ওইব ভমথিনব পান্দম মথাদ সনাই পানা সিন্দমসং লিংখৎপনি। পানা সিন্দ সং অসিদ হৃত্তাইফদন য়াওরগদব সিল্লম পরেং থরদ্রি মথাগী অসিনি —

(i) পুক্সিরোন সাজেলসিং

(ii) হৃকচাং সাজেল থনগৎলবসিং / চিংথৈরোল য়াওন )

(iii) থকসি-খাসি ভাকপ

(vi) ফত্তব মথায়-কাব পোৎলকসিং সোক্রদনব সিন্দম অমত্তুং

(v) মীতৈ ময়েক্কী সিন্দম পিব।

পানা সিন্দমসংগী সিল্লম পরেং মথল ৩ থক থনগৎলগ মীয়ামগী পাউতাক লৌজগনি। মথল ৩ অসিগী মহুংদ ঊরেপাক মচাসিংন থায়বগী হেন্ন পাম্বীর মখল অহু Tick-mark তৌরগ থাবিয়ক্কউ। Tick-mark তৌবিয়কপ থায়দগী মসীং য়াম সিন্দম মথল অহুন সনাই পানা সিন্দমসংগী সিল্লম-পরেং ( Syllabus ) সেমজগনি। সিন্দম মথল ৩ অহু মথাদ পিগরি—

i) ভারতকী মহৈ-শিক্ষম (ইদুকেসন-পোলিসি) ওইন লৈপাকসিংদ সেমগৎলক্লিব --মমাংলোল্লদগী ঝাথদ তান চনিং তাম মহৈ হায়বসি করিনো মসক "থওহন্ন মখোণ্ডদগী সেমগৎপক্লগ ইংলিস (ইন্তরনেসনেল লেঙ্গুয়েজ) অমদি ভারতকী হিন্দি (নেস-.নল লেঙ্গুয়েজ) নচিংব মথং মথং হাপচিল্লকুন কণ্ডাওনহন্দন রাঙন্দন মহৈগী ঝাহম্মোক খঙন অণ্ডাংশিংবু থাক নাইন সেমগৎলকপ মথল।

মথল অসিন হৈহনগদৌরিব মহৈছুদ অকনব মিংয়েং থম্মী। (খুদম ওইন—পব্লিক স্কুল, সেন্ত্রেল স্কুলগী মওং)

(ii) মনিপুর লৈঙাক লোয়লংদ লৈরিব সিন্দমসংশিংদ চংনরিব সিক্ষম-পরেং অসি চপ চান লৌব, অতুগ ওণ্ডাইফদন সিন্দম পিগদব সরকসিং নিংথিন হাপ্তুন লোয়লংগী মহে-শিক্রম অসিবু মথরায় হাপ্প ওথ মহৈ থুংতম্মী।

মথল অসিদন লৈপাক লৈপাক্কুগী মতম মতমগী সিন্দম মওংদ চংকনি। তৌবওদি মহৈ অহবু মথরায় হাপকনি, কাম্নব চপ চান কংহনগনি।

অমসুং (iii) ইংলিস মেদিয়ম স্কুল, ইংলিস লোলদ অয়াম্ব মিংয়েং থমহন মকোক্কুগী ইংলিস তম্মীব হৌগৎপ মথল। কোম্ন যাম্ন পিক্ক মমাংলোগনচিংব থরদং হাপচিল্লকপগী থুংতম্মী। (খুদম ওইন—কে জি স্কুলসিং, মিসন স্কুলসিং)

মথকী রোমান (i) (ii) (iii) অসিগী মমুংদ ঈরৈপাক মচাসিংন হেন্ন পাম্মীব মথলদু lick mark তৌবিরগ ঈরৈচাসিংন খ্বায়দগী পাম্মীব থুক্তম্মী অদুদ সিন্নম পরেং সেমজগনি। মথাগী এদ্রেস অসিদ থাবিরকউ।

ইদিতর, কংলৈশোল

সংগোলবন ভেরা কৈথেল, থুব্রাইজম লৈকাই, পি. ও, ইম্ফাল
পিন—৭৯৫০০১



Regd. No. RN 34203/79 New Delhi Kangleikhol/Rs. 8.00

To

Subscriber No.

Name ____________________

Occupation ____________________

Address ____________________

__________ P. O. ____________________

If undelivered please return to the Kangleikhol,
Sagolband Tera, Imphal—795001 ; KANGLEIPAK.

পাবিমু-

নৈনবায়

"কংলৈখোল"

পোস্ত থাবগী মমল:

| | |
|---|---|
| ১। চেক্কোং ১ গী মমল লুপা ৫.০০ | ১। থা ৩গী মমল লুপা ১৭০ |
| ২। থা ৩গী মমল লুপা ১৫.০০ | ২। থা ৬কী লুপা ৫০.০০ |
| ৩। থা ৬কী মমল লুপা ২৮.০০ | ৩। চহি ১গী লুপা ৬০.০০ |
| ৪। চহি ১গী মমল লুপা ৫৫.০০ | |

কংকম কংলৈখোল সংলেন, তেম্মা থুম্নাইজম লৈকাই. ইম্ফাল।

এনজী, কাংজীয়ান থোরি লাংজহুন সলাই পুন্সিকমগীদমক
মীতা মিজম্নন কাংওন্ম লৈকাইদ নম্বগ ইম্ফালদ ফোংদোকচব।